Dete ... lated

by ...

*Akashi Gangagi Torbanda*
(A Collection of 9 Travel Stories)
A ~~travelogue by~~ - Dr. Jamini Devi in Manipuri

*Published by* **Raipravina Brothers Publication** Sagolband, Tera Bazar, Imphal

*1st published* - May 2009





Cover Photo of Akashi Ganga

Copy 1000

Price Rs 150/-

*Available at* MSCW's Office Lamphelpat
Writer's residence
Rajesh Book Stores, Governors Road Imphal

*Printed at* **CD BYTE COMPUTERS** Yaiskul Police Lane Imphal

---

*Published with the financial assistance from the Manipur State Commission for Women vide Resolution No 42 dated 28th April, 2009*

# অইবীগী ৱারোল খরদং

লাইরিক অসি লমকোয় বাবীনি। ঐনা মনিপুর ষ্টেট কমিশনগী চেয়রপার্সনগী থৌ পুবদগী নুপীগী শক্তি হেনগৎহনবগী মতাংদা খং-নিনবগীদমক ভারতকী স্টেট খরদা, দিল্লী, কেরলা, সিকিম, আসাম, অরুনাচল প্রদেশ, মেঘালয়ানচিংবদা লংফৈ চৎপগী খুদোংচাবা ফংখি। অতে সংস্থান খরগী খুৎশম্নদুনা চৎলুবা মফম খুদিংদা মফমদুগী ইনাক খুনখুনা সংস্কৃত অমসুং ধর্ম্মগী ওইবা ত্রির্থস্থান কয়া, চাং, তুরেল মোনুমেন্ট কয়া হেংনবকখি, উবখি। মদু ঐগী ইবন্নাই ওইদুনা থমনিংদে, অতৈদা পাংদমনিংই, রাবী লেখোকনিংই। অদুনা মরম ওইদুনা লৌশং লৈথোন যাওদনা ঈচম চম্না খরদং ইথোকচদুনা ময়ামদা লাম্থোকচবি অপীকপা লমকোয় বাবীগী লাইরিক "আকাশি গঙ্গাগী তোর্বান্দা"।

অইবী

## অয়াওবা তাকপা

| | | ক্রময় |
|---|---|---|
| ১। | ...কাশি গঙ্গাগী ...োর্বান্দা | ১-১৩ |
| ২। | ...থকনা জগোই শাইবা লমদমদুদা | ১৪-২৩ |
| ৩। | ...বশুরাম কুণ্ড তীর্থ স্নান | ২৪-৩১ |
| ৪। | ...সানাম শুকংগী শিব দর্শন | ৩২-৪০ |
| ৫। | ...মানাবায়ন অক্ষরধামগী অকোয়বদা | ৪১-৪৪ |
| ৬। | ...দোল তবেৎকী মবুংঙোগী নাক্তা | ৪৫-৫০ |
| ৭। | শিব সাগরগী ...োর্ধান নাক্তা | ৫১-৬০ |
| ৮। | কৌব্রু লাইখা মহাদেব দর্শন | ৬১-৬৬ |
| ৯। | চীঙ্গোয় বারুনী মহাদেব খুরুম্বা | ৬৭-৮০ |

# আকাশি গঙ্গাগী তোর্ব্বানদা

অস! আকাশি গঙ্গা! কযাদা চীং লেম্মা ঈচেল তপ্না অরুনাচল প্রদেশকী চীংঙ্গোলদুদা চেল্লিবা! তোবর্বানদুগী অকোযবদুদা লৌপ্প বাংথোইববা উপালশিং। যুগ পুববা উপালশিংদুনা মশা মবেং হাইনা হুম্না মনীং তমজবি চাংমাযদ্দা। বাংবা তান্নবি মখোয অমগা অমগা। চেকলাশিংনা উপালশিংদুদা তোংলদুনা মখৌ পোঙনা খোংলি। খোংলি হর্বি নোংনাংসু। উমং মবক্তুদা কোবৌনা অমুক মণ্ডাল ফেনজিল্লক্লি। অদু গুম্লবা মহৌশা লাইবেম্বীগী ফজখ্রবা খুৎশেমদুনা ঐবু আকাশি গঙ্গাগী তোবর্বানদুদা যাই থাবীদুনা ফন কুইনা হান্বীখি।

তোবর্বানগী খোঙনুংদুদনা নিলখোংদনা, মোং হাদনা চেন্থবি আকাশি



যাত্রিক অমনা আকাশি গঙ্গাদা তর্পন কৎলি।

গঙ্গাগী ঈচেলনা। চীংথক্তগী খিকথবক্লি লিক্লাই মহিগুন্নবা লুববা লাইজনা ঈচেলদুদা। অদুগা আকাশি গঙ্গানা চেন্থখ্রি খা পাংনা। অদুগা কদায যৌখ্রিবা পুরাবীগী রাবী মপাও পুদুনা ঈচেলদুনা ! হাযনৈ মহাদেবগী যাথং পুদুনা কৃষ্ণগী সেবাগীদমক শেমখিবা মাগী ঈচেলনি। যুগ পুববা ঈচেলনি থাযনগী লাই হাক্তক্কী ঈচেলনি আকাশি গঙ্গাদি।

গঙ্গা তুবেলগী মীংলেন যাম্মী। শকলোন যাম্মী। ঋষিকেশতা, হবিদ্বাবদা গঙ্গাগী ঈচেলনা কযাদা ইবৈ কনখ্রবা' ইবৈ কল্লবা ঈচেলদুদা লুপ্পবি, স্নান তৌনবি যাত্রিক কযানা। গঙ্গাজলনা চাইথবদা পাপ কোক্লে থাজনবি। গঙ্গাদি চুম্নগী তুবেল নত্তে, মীনুংশি হৈবী, থৌজাল পীবীবিবা ইমানি, লাইবেশ্বীনি। মানা যৌকবা মফম খুদিং তীর্থস্থান ওইবিবনি। মগুনদা হাযবে শ্রীকৃষ্ণমক্লা মাগা মান্নবা গুন লৈ হাযবিবনি। দেবী ভাগবতনা হাযবি গঙ্গাগী মীংলেন শোঞবা মহাকতু পাপ পুম্না কোক্তুনা শ্রীহবিগী নাক্তা যৌজে। মহাক্তি হিমালয চীংগী মমোর্মনি, মালেমগী লৈতেং ওইবিবনি। স্বর্গ মর্ত্য, পাতাল ফাওদুনা চেল্লিবী পনা চেনবী গঙ্গানি।

গঙ্গাগী শক্লোনসু যাম্মী। কোবৌ মঙালদনা মোমোন মানোক্লা লোযননা জগোই খুৎথেক কৎপা, মালেম লৈমনা নুমিদাংবাইদা প্রমস্বগী ফিজং চিংথবক্লবদা নুংশুক নুংজানবা শক্লোন পবা। নোংজুনা ঈপাল লাংলবদনা লাক্ল ফান ঙমদ্রবা সমুদ্র ঈপাক্কী শক্তম লৌদুনা ঈবাওখোলগা লোযননা চেল্লিবা গঙ্গাসিনা ভাবত সভ্যতাগী মাং অমসুং তুংগী বাবী লীবিবনি মীবোল কযাদা।

পুবানগী বাবীদা নিংথৌ ভগীবথনা মন্দাকিনী গঙ্গাবু স্বর্গদগী পুথবকই। মালেমদনা কৌখি ভগীবথী গঙ্গা। জান্থ মুনিগী আশ্রমদা চংলুবদগী জাহ্নবী গঙ্গা মিংথোল্লকখি। ব্রহ্মপুত্র তুবেলগা গঙ্গাগা তিন্নবগা বঙ্গপসাগবদা চেন্থখিবা মফমদুনা কৌবি গঙ্গা সাগব। এলাহাবাদতা মতা অনী যমুনা, সবস্বতীগা লোযনৈ, ত্রিবেনী সঙ্গম কৌই। গঙ্গাগী মশা ওইবিবা প্রেমধুনী

গঙ্গা কতোৱাদা চেল্লি। নোংচুপ বঙ্গদা চেল্লি জলঙ্গী গঙ্গা। শ্রীধাম নবদ্বীপতা সুবধনী গঙ্গা চেল্লি।

গঙ্গানা হৌবকপসি হিমালয চীংগী ফুট ১২,৭৭০ ৱাংবা মফমদা লৈবা গঙ্গোত্রি হাযবা উনপাক অদুদগী মাইল ১৪ চৎলগা লৈবা গোমুখ হাযনা খঙনবা ষনগী মমায মানবা চীংচেপ্তগী চেম্থুবকপনি। ঈচেল অদুবুনি ভগীবথী গঙ্গা কৌবিবসি। থাযনগী লাইগী ৱাবীদা গঙ্গানা শাফু কন্না স্বর্গদগী চেম্থুবকপদা মহাদেবনা জটাদা ওল্লগা চেম্থহনবনি মালেমগী যাইফনবা। গঙ্গাবু মহাদেবগী চান্নবী ওইনা জটাদা লোৎতুনা থমখি হাযনৈ।

ঐহাকনা লংফৈ চৎপদা তুবেল কযাগা নকশিন্নবগী তাঞ্জা ফংজখি। নিযু যোর্কতা হদসন তুবেলগা, খা ভাবত্তা কাবেবী, কৃষ্ণা, গোদাববী তুবেলগা; এলাহাবাদতা গঙ্গা, যমুনা, সবস্বতীগা; অরুনাচল প্রদেশতা শিযাং শিপু তুবেলগা; আসামদা ব্রহ্মপুত্র অমসুং সুবানস্রীগা। হন্দক্লা অমুক আকাশি গঙ্গাগা। আকাশি গঙ্গানা মাগী লোৎতুনা থম্লিবা ৱাবীসু লীবিবকখি। মাগী সনা পুক্কৈসু উহনবীবকখি।

আকাশি গঙ্গানা লীবিবকখি ঐঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিনী হুবানবগী ৱাবী থাযন লাই হাক্তক্কী মহাভাবতকী বাবীনি। রুক্মিনীনা শ্রীকৃষ্ণবু মপুবোইবা ওইগে নিংজখির্বনি। মবুং রুক্মীনদি শিশুপালদা থাজখি। লুহোংবা নোংমা বাৎলিডৈদা রুক্মিনীনা ভবানী ইন্দ্রানী দেবী পুজা তৌবা মন্দিবদা চৎপদা কৃষ্ণনা মাবু হুদুনা পুবকখি। শিশুপালগা বলবামগা লাল শোক্লহৌই। শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিনীবু হুদুনা পুবক্লগা লোৎতুনা থমখি আকাশি গঙ্গাগী তোববান্দা, মালিনীথান হাযবিবা মফমসিদা। শ্রীকৃষ্ণ সেবা ফংনবা রুক্মিনীনা স্নান তৌগে নিংবদা ঈশিং ফংখিদে। রুক্মিনীনা কৃষ্ণদা ঈশিং ফংহনবীনবা হাযজৈ। কৃষ্ণনা অমুক মহাদেবদা হাযজববদা জটাদগী গঙ্গা কৌথদুনা চেম্থহল্লকখি ঈচেল নাইনা। মদুনি আকাশি গঙ্গা। মদুদা রুক্মিনীনা স্নান তৌজখি। মফমদু অশেংবা তীর্থ মফম ওইহৌই। ঙসিসু ওইবি আকাশি গঙ্গা অশেংবা তীর্থ স্থান।

আকাসি গঙ্গাদা ঐনা স্নান তৌবা ফংজবা নুমিৎতু খ্: কুম ২০০৮গী নবেম্বরগী তাং ২৩দনি। নেসনেল কমিশন ফোব রুমেননা বার্তন তৌবক্তুনা




**Workshop on Dayan Pratha**

গৌহাটিদা পাঙথোকপা বার্কশোপ অমা যাওবা চৎপ খোঙচৎতন। গৌহাটিগী শঙ্কবদেব কলাক্ষেত্রদা 'দাযন প্রথা বিচ হন্তিং, মণিপূরদা হায়বগা হিংচাবী চঙবা' হাযবা নুপী খবদা বদনাম শিবীবিবা চৎনবী অসিগী মতাংদা খন্ন নৈনবা তাং ১৮।১১।২০০৮ পংথোকই। গৌহাটিগা হোটেল নিভেদনদা ন্নামদাংদু পোথাবে।

অরুনাচল প্রদেশতা লৈবিবা আকাশি গঙ্গা তীর্থদা খুবমজবা পামজবদগী ঐগী খোঙচৎ অদু হৌবে। ইদোম চৎপা খোঙচৎতা গৌহাটিদগী অরুনাচল প্রদেশ ফাওবা নুমিদাংদা বসনা চৎপদু পামদ্রদুনা মথংগী নুমিত্ত' গৌহাটিদগী লিলাবাবী ফাওবা প্লেননা চৎলে। গৌহাটিদগী চৎলিবদু অপীকপা প্লেন অমদনি । মদুদা মী তবাদং তোংই। এবোপ্লেন তাফমদু ইচীক চীকই। পোৎচৈ পুথবা, হাপকৎপদা কুইনা চঙই। অদুদগী ঐনা গেরুকামুখ যৌশিল্লে। লোবাব সুবানশ্রী হাইড্রো ইলেকত্রিক প্রোজেক্টতা

মেদিকেল ওফিসব ওইনা থবক পুবিবা ইচা দা: পৃথিরাজগীদা চৎলে। নোংমা পোত্থাবগা পৃথিরাজনা গাড়ী থৌদুনা অরুনাচল প্রদেশতা লৈরিবা আকাশি গঙ্গাগীদমক খোঙশাল্লি।

খোঙচৎ অদুদা আসামগী মনুং হুর্নাজিন্না লৈবা খুঙ্গং খবা উবকই। খুঙ্গংশিংদু মী লন্না তাই। যুমলৈ কৈবৈ লায়বনা উই। অঙাংশিংনা ইমোৎ মোৎনা শূমাঙদা গাডী টাযব অফোৎপা ওন্দুনা শান্নহৌই। মচি মচিদা নুপীমচা অঙাংশিংনা থোঙ্গালদা লেপ্তুনা থবক শূবা চৎখিবা মমা-মপা লাকপা ঙাইহৌই।

ধেমাজি যৌবকপদা মমশিল্লক্লে। ঙবাং নোং কন্না চুখিবদগী লম্বীদু লৈখোম যাম্না থোকই। লম্বী শেম্বগী কোম চাওনা চাওনা তৌথোকপা থেংনৈ। অপীকপা লম্বী অদুদা লৈখোম মবক্লুদা গাডীদু হুৎ হুৎ লৈ। লম্বীদুদা মৈ থানবসু নত্তে। ওন্থাখিদ্রা খন ইপা পাখৎলি। খুঙ্গং লাম্থোক্লগা ধেমাজি কৈথেল যৌবকপর্দদি মৈ ঙাল্লে, মী যাম্না লৈবা উবে। ঙাইহাক লেপ্তুনা গাড়ী ইংথহল্লে। অদুদগী অমুক মখা চত্থদুনা শিলাপথব যৌবে। মদুদগীদি আকাশি গঙ্গা যৌগদবা কি:মি: ৩ লোমদমক ঙাযবর্বনি। অদুবু অমম্বদুদা মফমদু যৌশনবা যাবা থোক্লে।

নুমিদাং অর্দ্দি অরুনাচল প্রদেশ সবকাবনা লিকাবলিদা শাদুনা থম্লিবা ইনস্পেকসন বাংলো অদূদা পোত্থাবে। সন্ধ্যা মতম যৌববদা ইনস্পেকসন বাংলোগা নকুনা লৈবিবা রুক্মিনী মন্দিরদগী ঈশৈ শকপা তাবকই।

রুক্মিনী মন্দিবদা চত্তুনা লাই খুরুম্বা, সন্ধ্যা গৌরী যাওবা কবম্না ফংসিগে খল্লে। ঈশ্বরগী কৃপানি! লিকাবলিদা থবক তৌদুনা লৈবা মণিপুরী মচা খ্বাইরাকপম বসন্ত সিংহগী ক্বার্টবদু মন্দিব মনাক্তা লৈ হাযবা খঙলে। বসন্তগী নুপী দেবলা হৌবে। মানা লমজিংদুনা রুক্মিনী মন্দিরদা সন্ধ্যা গৌরী যাওবা ফংজবে।

নুপা ৫/৬না করতাল পায়দুনা থব্রায় য়াওনা ঈশৈ শক্লম্মী। মন্দির মনুংদা লাৎলিবদি মালিনীথানগী লৈনুংদগী ফংবা নুংদা হকপা মুর্ত্তিনি। রুক্মিনী দেবীবু খুরুমজরে।

ঐনা হংবদা ঈশৈ শকপদুদা ভাবোক ওইবা অহল অমনা হায় - রুক্মিনী পুদুনা শ্রীকৃষ্ণনা পোত্থারবা মফমনি মন্দির শারিবা মফমসি। শ্রীকৃষ্ণবু কনানসু সেবা তৌদ্রবদা দুর্গা দেবীনা লৈ লেংবীগী শক্তম লৌদুনা কৃষ্ণদা লৈ কৎচখি। শ্রীকৃষ্ণনা দুর্গানি খঙলদুনা মাবু থাগৎলি। মালিনী হায়না মীংথোল পীদুনা মালিনী থানদা লৈহনখি। মসিনি আকাশি গঙ্গাগী তোব র্বানগী ব্বারী।

ঐনা খল্লি, থায়নগী মহাভারতকী কৃষ্ণগী ব্বাবী অদু অরুনাচল প্রদেশকী লিকার্বলিদা, আকাশি গঙ্গাদা, মালিনীথানদা ঙসি ঙসিমক হিংদুনা লৈরি। অরুনাচল প্রদেশতি মতম অমদা নেফা হাযনা খঙনবা ট্রাইবেলশিংনা খুন্দাবা মীনা চঙবদা কিনবা মফম ওই হাযনবর্ম্বনি। অদুবু মফম অসিদা কয়াদা ফজখ্রবা কলচর অমা লৈবল্লিবা। ট্রাইবেল কলচর অমসুং হিন্দুগী কলচর অনী য়ানশিন্নদুনা লৈরি। মালিনীথানদা লাই খুরুম্বা লাক্লবিবদু অয়াম্বনা ট্রাইবেলনি। কলচব হায়র্বসিদি চেস্থবিবা তুবেলগী ঈচেলগা পাংখকনি। মানা চেস্থরকপদা লম্বীদা থেংনবা পোৎলম কযা চুপশিনর্বনি। অদুগা ইবোং ফাংনবা চেস্থবা অদুগা পাংখর্কনি হায়বনচিংর্বসি মণ্ডল মণ্ডল খন্দুনা ইন্সপেকসন বাংলোদা য়ৌরকখি।

নোংঙাল্লবদা আকাশি গঙ্গাদা চৎনবা শেম শাবে। খোঙবু শেল্লে, ইচা, ইমৌ, ইশু, দেবলা মমা-মচা, টাটা সুমোগী ড্রাইভবদু য়াওনা। করিনা মফমদু মী তাবা মফম নত্তে। চীংলক ফাওদুনা খোঙ লম্বী অমদা চীংখাদা চেল্লিবা ঈচেল অদু য়ৌগদৌরিবনি। অদুগীদমক অপীকপা গাড়ী টাটা সুমোদুনা ঐখোয়বু পুদুনা অঙম্বা চীং লম্বীদুদা থৌদুনা লাকই। গাড়ীনা থেক খোয় তৌবা লম্বী কিলোমিটর ৬ লোম চীংলক অদুদা থৌরবা তুংদা

গাড়ী থাল্লে। খোঙনা মখা চথবা তাবে। ভাবতকী অতৈ অতৈ তীর্থ মফমদা, ঋশিকেশতা, হবদ্বাবদা গঙ্গাগী দর্শন লাকপদা মফমদুদা মী যাম্না তিনবা পোৎ চৈ লৈবা, যোনবা তৌবা, পান্দাশিংনা অবাকপশিংদগী লাই খুকম্বীগে মন্ত্র শোনবীগে পৈশা পীযু হাযদুনা কোযতান তান্নবা অদুগুম্বা অমত্তা মফমদুদা লৈতে।

লম্বীগী মতাইগী থেল অদুদা গাড়ী থনম্লগা চীংমায ককতুনা শেম্বা সিড়ি থাক থাক লৈবিবা অদুদা কুমথবে। নাকল অমদি লোকচপনি। যাম্না লুথনা লৈখ্রি। মখাদগী উ পাম্বী উর্ব হৌবকই। নাকল অমদনা চীংমাযনি। মহৌশা লাইবেম্লীগী ফজখ্রবা খুৎশেম মবক্তুদা নুঙ ককতুনা শেম্বা সিড়ি মথং মথংদা কুমথবে। মীওইবনা তোযনা চৎনদবা লম্বীদুদা যুগ পুববা চাওব চাওববা লাইওইববা উপাল কযা পুমশং শংনা চীং নাপোমদুদা হৌবি। চীংলক অদুদা ফাওবগা ফনা শাংনা চথবে আকাশি গঙ্গা যৌনবা। খবদং কুমথবগা থেল মচা অমদা মহাদেবগী মূর্ত্তি অমা সেবা চত্তুনা সাধু বাবা অমা লৈবম্মী। ঐখোযনা পুবকপা হৈ লৈ খবা মহাদেবদা কত্তুনা খুকমজবে।



আকাশি গঙ্গাগী তোর্বানগী থেল অমদা লাৎলিবা শিব মহাদেব

সাধু বাবাদুনা হায়বদি, রুক্মিনীগী মপা ইবুংঙোনা লৈরম্বা মফমদু আসামগী সদিয়া হায়বা মফম অসিদনি। কৃষ্ণনা রুক্মিনী পুদুনা লাক্লগা অরুনাচল প্রদেশকী লিকাবলিদা লৈরিবা মালিনীথান হায়বা মফম অসিদা পোত্থারম্বনি হায়। মহাভারতকী ৱারীদদি রুক্মিনীগী মপাবুং ভিস্মক নিংথৌনা পাল্লম্বা লৈবাকতি বিদরভনি। ঐনা খল্লি বিদরভনা কদায়দা? সদিয়ানা কদায়দা অদুবুদি কম্বোদিযাদা লৈরি অযোধ্যা রাম, সিতা, হনুমানগী মন্দির কম্বোদিয়াগী খ্বাইদগী চাউবা তুরেল 'মি কোং' হায়রিবসি গঙ্গাদগী থৈথরকপনি।

কৃষ্ণগী কলচর অমা আকাশি গঙ্গাগী তোবর্বন্দুদা লৈরম্মী হায়বসি লাৱার দিবোং ভেলিগী বোইং মনাক্তা মিসমী চীংগী চীংখোঙদা লৌববা ভিস্মক নগর লানবন অসিনা তাক্লি। ভিস্মক হায়বসি রুক্মিনীগী মপাবুং নিংথৌদুনি। তেককায়ববা লানবনগী শক্তম অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিনী হুরানবগী ৱারীবু নীংশিংহল্লি। হাযরিবা মতম অসি খৃ: কুম চহীচা ১০দগী ১২ ফাওবদা ওইগনি হায়না স্কোলরশিংনা পানরি ।

অরুনাচল প্রদেশতা লৈবিবা অতোপ্পা নীংশিং খুদম অমনা রুক্মিনী নগরনি। মসিসু মিসমী চীংগী চীংখোঙদা লৈবা লানবননি। খৃ ১৯৫০গী য়ুহাবহাবদা লানবর্নসিগী অয়াম্বা শরুকতি নীংখায়খ্রে। শপ্নগী চেক্লা শাবা কা অনীখক্তং ঙায়হৌবে। আর্কিওলোজিকেল সর্ভে অফ অরুনাচল প্রদেশনা তৌথোক্লুনা যেংবদা লৈনুংদগী চেক অমসুং চফু কযামকম থেংনরে। লৈরম্লিবা পোৎশিং অসি ভিস্মকনগরদা ফংবা পোৎলমগা ইমান মান্নে। রুক্মিনী নগরবু চীদু-চীমরী হায়নসু খঙনৈ। তেককাযববা চেকশিংদুবুনা ঙসিসু রুক্মিনী নটি হাযবদি রুক্মিনীগী চেক হাযনা খঙনরি।

ইতিহাসকী খোঙচত্রা কয়াদা অতোংবা লৈখ্রবা। সম্রাজ্য কয়া, সভ্যতা কয়া ইরোম্নুংদা লুপখিবা। কয়ানা ফাওগৎলকখি হায়নবদুগী খুদম খর আকাশি গঙ্গাগী তোবর্বানদুদা উবা ফংলে।

আকাশি গঙ্গাগী তোববানগী সাধু বাবাদুনা হাযবকখিবদু নীংশিংই - মালিনীথানদগী আকাশি গঙ্গা ফাওবসিদা শুকুং অমা লৈবমই। শুকুং অদুদা রুক্মিনীনা লাক্লগা আকাশি গঙ্গাদা স্নান তৌখিবনি। মতম খবগী মমাঙদা খৃ ১৯৫০দা অচৌবা যুহাবাবা অমদা চীং নমথবদগী শুকুং অদু কাযখ্রে।


আকাশি গঙ্গা যৌনবা চৎলিবা অইবী

রুক্মিনী কৃষ্ণগী, সযম্বরগী ব্রাবাদি লাই হাক্তক্লীনি। অদুবু হৌজিক ঐখোযনা থেংনবিবা চীংজাও, শুকুং, যুহাবাবা, চীংথক্তুগী চাইথবক্লিবা ঈশিং, নুংজাও, চেল্লিবা তুবেল অসিদি অহিংবনি। মহাদেব মন্দিব লৈবিবদুগী লোকচপ মখাদা চথবগা চাওববা নুংজাও অমদা খোঙগুলগুম্না খুদম অমসু লৈবি। পদ্মকসিনা হৌবক্লিবা মাওইদা হর্যাব থিবো লাও, ফোংলো লাও ইতিহাসকী, কলচনগী লোক্তুনা লৈবিবা মচাক মবলশিং অসি অকাশি গঙ্গাগী তোববানসিদা।

চেল্লিবা ঈচেলদু যৌননবা সিডি থাক অদুদা অমুক কুমথবে। চহী বার্যাশিল্লবা খ্বাঙ খুকউ নাববা ঐনা তীর্থ মফমদু যৌবা ঙমগদ্রা সাধু বাবাদুদা হংজে। বাগী চৈশু অমা পীবিবে। তপ্না তপ্না কুমথৌ তাকপীবে। ঐবু যৌনা হাপ্লীবদুনা মখা চথবে। মবক মবক্তা লৈবিবা বেলিংদা খবা

পায়, চৈশু শু শুদুনা সিড়ি থাক ৭৮৫দু কুমথরগা তোবর্বানদু য়ৌরে। তোবর্বানদুদা লৈরিবা চাওরবা নুংজাও অমদা খোঙফম শেম্বীদুনা থন্নিবা অদুদা অমুক তপ্না তপ্না কুমথরগা ঈচেলদুদা লুপ্তুনা স্নান তৌবা ফংলে। লাই ওইখ্রবা অহল লম্মন, ইপা-ইমা, ইপুরোইবা, অমত্তা পোকচবী ইচানুপী মরী মতাগী আত্মাদা আকাশি গঙ্গাগী ঈশিং খুজোকনা তর্পন কচ্চরে।

চীংথক্তগী ঈশিং চেম্থরক্লগা ঈচেলদা তাররি। শাফু কনবা ঈশিং চাইবী নত্তে। তপ্না চেম্থবা লেপ্তুবা ঈচেলনি উবসু পূক্লিং শুমহৎলি। চীংথক অদুদা ঈশিং কোম অমদা পাত্রগুম্না ইবং লংবা ঈশিং মনুংদুদা অমসু লৈ। অকোয়বা চিথেক মরিদা উ পাম্বী মরি হৌই হায সাধু বাবাদুনা। মদুদি য়ৌকবগী শক্তি লৈত্রে। নহা এনভাইরোনমেন্টেলিষ্টশিংনা মদু এক্সপ্লোব তৌবা ওইবসনু নীংদুনা হল্লকখি। আকাশি গঙ্গাদগী হল্লক্লগা মালিনী থান যৌনবা অমুক চত্থরে গাড়ীনা।

খ্: ২০০৫দা ঐহাক মালিনীথানদা অমুক লাকখ্রে। নুমিৎ অদু নোংসু তাই। মফমদু যৌবদসু থেঙ জিনখ্রে। চৎমিন্নবশিংনা চীংখাদা লৈহৌই। ঐনা মালিনী দেবী মন্দির ফাওবা কাখৎলি। কনা লৈরমদ্রে। মন্দিবসু থোঙ লোল্লমলে। মপান্দগী দেবী খুরুমজরগা হল্লকখি। হন্দক্কী খোঙচৎসিদদি



মালিনী দেবীগী মূর্ত্তি (মালিনীথানগী লৈনুংদগী ফংবা)

মফম অদুগী মবমদা খবদংগা হেন্না খঙনীংদুনা অকোযবদুদা কোযচৎ চত্তুনা যেংবগী তাঞ্জাদু ফংলে। মালিনী দেবীগী দর্শনসু ফংজবে।

মন্দিব মনুংদা লাৎলিবদু দুর্গাগী মুর্ত্তিনি। সেন্দ ষ্টোননা শাবা, ১৫শুবা শতাব্দীদা মফমদুদা পাল্লন্বা পালা নিংথৌনা লাৎলম্বা লাইনি। মতমগী খোঙচৎতা যুহাবাবদা লৈবাক্তা ফ্র্মাজিন্দুনা মতম কুইনা লৈকববনি। আর্বকিওলোজিকেল সর্ভে ওফ ইন্দিযানা চীংমাযদু তৌথোক্তুনা যেংবদা ফংলকপান। মালনীগী মুর্ত্তিগা লোযননা অতোপ্পা মুর্ত্তি খবসু লৈনুংদগী ফংলকখিবদি ইন্দ্রদেব, বাহোংনা শাদোং ওইবা কার্ত্তিকেয, দোলাই তোংবা সুর্য্যদেব, উচিদা শাদোং ওইবা গনেশকী মুর্ত্তিনি। চাওববা ষন নন্দি, ব্রাহোং, নুংদা হকপা মুর্ত্তিশিং লৈনুংদগী ফংবশিংদু মন্দিবদুগী






মানিথানগী লৈনুংদগী ফংবা মুর্ত্তি খব

মনাক্তা, চীংথক্তা নীংথিবা মফম অমদা খিন্দুনা থম্মী। মন্দিরগী অকোয়বদুদা লৈবাক তৌথোকপদা ফংবা নুংদা হকপা বথকী কাংখোঙ, শরিকনচিংবদু ইকায় কায়বদুনা মন্দিব কাখৎফম অদুদা থম্লি। মদুদা লৈবিবা মুর্ত্তিশিংদুগী আবকিটেকচরদু ঐনা উবিষাগী লিঙ্গবাজ মন্দিবদা উবকপা, মন্দিব শাবগী খুৎশারোল অদুগা মান্নে। লৈনুংদগী ফংলকপা পোৎচৈশিং অদুগা অরুনাচল প্রদেশতগী, আসামদগী, থংনবা লৈবাকশিংদগী ফংবা খুৎশা হৈবগী পোৎ ময়াম অমগা ম্যুজিযমদা লৈহৌই।

মালিনীথানগী তেক কাযববা ফিভর্মাস মীনা খঙনবকপা অসি ভাবতনা নীংতম্বা মমাঙ অদুবাইদগীনি। মদুগী মমাঙদা নেফা এদমিনিষ্ট্রেসননা অতেক অকায থিজিনবগী থবকসি সবকাবগী বিসার্চ দিপার্টমেন্টতা শিন্নবনি। দিপার্টমেন্টনা খৃ: ১৯৬৮দগী ১৯৭১ ফাওবা থিজিন-খোচিন তৌবগী থবর্কাস চত্থবদা মফমদুদা মন্দিব অহুম লৈবম্বগী ফম্পাক, হিন্দুগী লাই ময়াম অমগী মুর্ত্তি, অদুগা মন্দিবদা শীজিন্নবম্বা হকতুনা শেম্বা লৈবোং, অতৈ অতৈ দিজাইনসু ফংবা ঙমখি। অদুবু মদু কনানা শেমলম শাবম্বনোদি খঙবা ঙমখিদে। অদুম ওইনমক অতেক অকায আর্বকিটেকচবগী দিজাইনদু নৈনবদা, কামরুপতা পালাশিংনা ১১-১২শুবা সভাব্দা পাল্লম্না মতমগী ওইগনি যানবে।

মালিনীথানগীদা ফংবা মুর্ত্তিশিংদু সেন্দ-ষ্টোননা শাবসু যাওই, গ্রেনাইট ষ্টোননা শাবসু যাওই। নুঙগী আবকিটেকচব অদু মযায থংবা যুগকী অঙনবা মতমদা ব্রহ্মপুত্র ভেলিদা হৌদোকপনি থাজনৈ। মতমগী যাওলদা যৃহাবত্থাবদা নমথখিবা কাযখিবনি। তৌথোক্তুনা যেংবদা মন্দিব অহুমর্গী মফম থেংনবকপনি। লৈনুংদগী ফংলকপা অতেক অকাযবশিংদু মালিনী মন্দিবগী নাক যেৎ অকোযবদা খিন্দুনা থম্লিবা অদুদা চাওব-চাওববা পিল্লবশিংসু, থোঙগী থোঙবাসু য়াওই। মন্দিবগী মনাক নক্লা টেম্পোববি সেদতুদা থম্লিবা খবসু মদুদা উবকই। মদুদা লাইগী মুর্ত্তি যাওই; ঈবাং পোকহনবা নুপা নুপীগী মুর্ত্তিসু যাওই। ধ্যান তৌদুনা লৈবা মুনি ঋষিগী মুর্ত্তিসু যাওই।



আকাশি গঙ্গাগী ঈচেল মতেক অমা

হৌজক লৈবিবা মালিনীথান মন্দিরদুদি কোন্না শার্বনি খৃ: ১৯৬৮দা। হৌজিক্কি মন্দিরগী চাংখোঙদু যৌনা গাড়ী থৌজিনবা যাবে মফমদু ফাওবা গাড়ী থৌজিল্লে। মনাক্তুদা লম্পাক মচা অমা লৈ। অদুদা খাংপোক দুকান মচা অমা অনী লৈরি। মদুদা যোল্লবা হৈ-লৈ, ধূপ বর্ত্তিনচিংবদু লাইদা কৎনবা খব লৈবগা মন্দির তম্মা চঙলে।

দেবীগী বাসন্তি পুজাদি এপ্রিলদনি। মদুদা মেলা ভৌই হায। মালিনী দেবীদা পুজা তৌজবা, খুবমজবা অসিনা সংসারগী অবা অনা খুদোংথীবা কোকহনবী থাজনদুনা ভক্ত কযানা হৈকৎ-লৈকৎ তম্বা লাক্লে। থাজনবা মতুংইন্না হামেং, মন, খুনুসু কৎনৈ। খবনা ধুপ থাউমৈ, লৈ, সনা, লুপা সেঞ্জেংগী পুখম, মোইবুংনচিংবসু কৎনৈ। অসামগী ব্রহ্মপুত্র ভেলিদগী, অরুণাচল প্রদেশতগী মী ওই কযানা দেবীবু খুরুম্বা লাক্লে।

অসুম্না মালিনী থাননা চীং অমসুং তমগী মবক্তা কলচরগী থোং অমা শাবি। আর্যাগী অমসুং ট্রাইবেলগী সংস্কৃতি অমসুং সভ্যতাবু পুনশিন্নহন্দুনা পাকথোক চাউথোকহল্লিবা আকাশি গঙ্গাগী তোরবানদুদগী ঐনা ইবল কযা অমা ফিগাউ চোন্না খোমজিল্লগা হল্লকই।

# ঈথকনা জগোই শাহৌবা লমদমদুদা

ঐখোযগী খোঙচৎ অদুদা কন্যাকুমাৰী যৌবে। মদু তাং ১৮।১০।২০০৮ দনি। মফমদু ভাৰতকী নোংচুপ পনখৈদা আৰব সাগৰ, ভাৰত মহাসাগৰ, বঙ্গোপ সাগৰ ইপাক অহুমগী লাংদাইনি। ঈপাক অদুনা মশা মশাগী শক্তম কাওথোক্লদুনা অমত্তা ওইনা তিনশিন্নখ্রি। আৰব সাগৰগী শংবান মচু, বঙ্গ সাগৰগী ঙাঙ্খ্রানবা মচু, ভাৰত মহাসাগৰগী ভৌকনবা ঈশিং মচু অমত্তা ওইনা তিন্নখ্রে। ঈপাক অহুমদুনা নুংশি চান্না লৈমিন্নবগী শক্তমদু মযামদা উথোক্লি। ঈপাকযাযদুদগী অযুক অঙনবদা কোবৌঽনবনা লিখৎলকপা দৃশ্যদু কৰম্না শৈথাবা ঙমগনি ? সনা অহিংবা মচুগী ফিজোল থোল্লদুনা কোবৌ মানা ঈপাক্তগী মালেমদা খোঙদোইবকদ্ । মদুতা উজনিংবদগী মফমদুদা যাত্রিক কযানা থাপ্ল থাপ্লবা লমদমদগী লাক্লুনা মীথুংশঙদা যাবেক্তুনা লৈনৰি। নুমিদাংবাইবমদা নুমিৎনা ঈমাযদা লুপথখিবদুনা কযাদা পক্লিং শুমহৎপা।

তোৰবানদা লেপ্তুনা যেংবদা ঙমখৈ উবা ফংদে। অথাপ্পদা জহাজ লাকপদি উই। ঈথকনা জগোই শাবদি উই। জগোই খুথেক কযানি, শাথেক কযানি ঈথক্কী। অমুক ব্রাংখৎলি, অমুক নেমথৈ। ঈশে শৈহেকসু যাওই। জম জম তোৰবান্দা যৈবে ঈথকনা। অদুদগী অমুক তপথৈ অমুক হন্দোকখি। পোত্থাবা লৈতে ঈথকনা লেপ্তুনা শান্নবি কুম্মে।

সমুদ্রগী জ্বাৰ কাৰকপদা পুদুনা লাকই ফিগাউ চোন্না ইৰোন্নুংদগী লোৎতুনা থল্লিবা তাঙলবা মনি মুক্তা কযা। শিন্নবমই মীওইবদা খুনজিল্লু লা ওবম্মী। ঈশিংনা হাজিল্লকপা অথেনবা খোঙনুংদুদা যাত্রিক কযানাসমুদ্রদা

স্নান তৌবি। নহাশিংনা ইকপ্তুনা শান্নবি - কোঙ্গ্রেং, থবোই খুল্লি। কোবৌগী মঙালনা ইপোমদা যৈবদা থকতোবকপা লাইজনা মচু তবেৎকী চুমথাঙ খল্লি। যেংবগী পেনবা নাইদে। অদুম যেংদুনা লৈনিংই। ঙহাক বেলিংদা ঙাবিঙৈ দাইবী লৌথোক্তুনা খবদং ইশিল্লি-

হে পাঙ্গল্লবা ঈপাক অহুম
নখোযগী অঙকপা নগুনবু
কবম্লা শৈথাবা ঙমগনি ?
নবম্নাইগী কুচু থাদোক্তুনা
অমত্তা ওইনা তিনশিন্নদুনা
নুংশি চান্নৌ শান্তি ওইনা হিংমিন্নৌ
তাইবংদা তস্নীবি পাউজেল্লি।
অদুগা অমুক কবিগী সুনামী............?

তাঙাদুদা মরুপ লিংজানেংনা কৌবকই। নুংশাগী মৈশানা মাযদা হুমাং অব অবস্ 'শন্থবকই। মরুপ লিংজানেংগা ঐখোয অনীনা সমুদ্র খোংবান্দা কুমথবে। ঈপাক অহুম্না তিল্লবা শেংলবা তীর্থ স্থান অদুগী লাইজনা মায মীৎ তাথোকলে। কোক্তা ঈশিং হাপলে। অদুগা তোব বানদা অমুক কাখৎলকই।

ঈপাকতুগী চিদাইদা লৈবিবা মোনুমেন্টশিংদু অমুক যেংমিন্নবে। বিবেকানন্দ বোক মেমোবিযেল। অদুনা ঐখোযগী পূক্লিং চিংশিনখি। মদু উবদা নীংশিংহল্লি স্বামী বিবেকানন্দনা চিকাগোগী ৱার্লদ বিলিজনস কনফবেন্সতা চৎতুনা ভাবতকী ৱাংলবা অধ্যাত্মিক সংস্কৃতি, পূম্নমকপু মচিন মনাও ওইনা খনবা ৱাখল্লোনবু মালেমদা শক তাকখিবদু। চিকাগোদা চৎত্রিঙৈগী মমাংদা খৃ: ১৮৯২ গী ফে: ২৪দা ঈপাক অহুমগী লাংদাইফমদা লৈবিবা, নুংজাও বোক অদুদা স্বামীজিনা নুমিৎ নীনি ধ্যান তৌদুনা লৈবম্বনি। মফমদুদনি ঙসি লৈবিবা বিবেকানন্দ বোক মেমোবিযেল লৈবিবসি।



স্বামী বিবেকানন্দ রোক মেমোরিয়েল

খৃ: ১৯৭০ দা শাবা লোইদুনা মীয়ামদা শিন্নখিবনি। তোব র্বানগী মতাই অমদগী মোটোর বোৎ তোংলগা নত্রগা হি মচা মচাদা যাত্রেকশিংনা রোক মেমোরিয়েল অদু য়ৌশিল্লি। কনানা পুজা কৎলি, কনানা মেদিটেসন তৌই,



সন্ত টিরুভাল্লুবরগী নীংশিং মুর্ত্তিগী বেকগ্রাউন্দদা অইবী

মফমদু যৌববদা কনানা আর্বকিটেকচবগী দিজাইন যেংই। মন্দিব অদুর্মক্তি বেলুবদা লৈবিবা শ্রীবামকৃষ্ণ মন্দিবদুগী নমুনাদা শার্বনি। চংফম গেট অদুনা অজন্তা এলোবা শুকংগী মন্দিব মওংনি।



দেবী কন্যাকুমাবীগী মুর্ত্তি

যান্না মশক নাইবা মেমোবিযেল অমনা কবি সন্ত টিকুভাল্লুৱবগী নীংশিং মুর্ত্তি ফুট ১৩০ ৱাংবদুনি। মদু তামিলনাদু সবকাবনা সন্ত কবি অসিদা তৌবীমল উৎতুনা শার্বনি চহী ২০ চঙনা খ: ১৯৭৯ দগী ১৯৯৯ ফাওবদা। কবি অসিনা থিককুবাল হাযনা খঙনবা লৌশিং জ্ঞান পীবা পাওতাকশিং ইবীবমদুনা মীযামবু অধ্যাত্মিক্কী লমদমদা চাংশিনবীবম্বনি।

সমুদ্র অহুম্না পুন্না মাগী খুযা থম্বালবু হন্না হন্না শেংদোকলিবা তোর্বন্দুদা ঙাম্বোইবিবা দেবী কন্যাকুমাবীবু দর্শন ফংজবদুসু লাইবক ফবনি খল্লি। নীংথিজববী নুপীমচা অমগী শক্তমদা খুত্তা মালা পাযদুনা লেপলি। মন্দিবগী মখাথংবা খোঙদুদি অদুম লোন্দুনা থমই। অখন্নবা ফেষ্টিভেলদতা হাংই হায গাইদনা। দেবীগী নাসিকাদা হৎলিবা কুবী অদুদগী থকতোবকপা মঙালদুনা

হিহোনবশিংনা লাইট হাউসতগী ওইববোই নিংহল্লি। মঙাল অদুনা জহাজদু তোব বান্দাথেঙ্গাইবগী মবম ওইহনবদগী থোঙদু থিংজিনবনি হায।



গান্ধি মেমোবিযেল হোল

ঈপাক অহুমগী তিন্নফম তোব বান্দা লৌবগা এখোযনা উবকপা অমনা গান্ধী মেমোবিযেল হোলনি। খৃ: ১৯২৫দা মহাত্মা গান্ধীনা মহম্মদদা যৌবকলম্মী। মদু নীংশিংদুনা শাবা মেমোবিযেলনি। খৃ: ১৯৪৯গী ফে: ১২দা মহাত্মা গান্ধীজী সংস্কাবগী উৎ পুবকলগা মেমোবিযেল অদুদা থমখি। খবনা সমুদ্রদা থাদখি। হোল অদু উবিষাগী আৰ্কিটেকচৰ স্টাইলদা শাবনি। থোইদোকনা পূর্ক্লিং চিংশিল্লিবদি যুমথক্তগী মখুল হুৎলগা নুংশাগী মঙাল চংহন্দুনা উৎ হাপ্লিবা পাত্রদুদা যৈহল্লিবদুনী।

মতম থেংজিল্লকলে। কোইচৎ চৎপদা হকচাংসু চোকথবে। তোব বানগী মচি মচিদা যোল্লিবা সমুদ্রদগী ফংবা মোইবুং, থবোই, মচু মচুগী লৈঙোই, নুং মচাশিং খন লৈবগা হল্লকই। ভাবতকী খাথংবা অবোইবা পনখৈদুদগী।

ঈপাক অদুগী নাক্তা চৎপগী খুদোংচাবদু ঐনা কেবেলাদা চৎপা খোঙচৎতা ফংলকখিবনি। মনিপুব ষ্টেট কমিশন ফোব ব্রুইমেনগী ইনফ্রাষ্টকচব ফগৎহন্নবগী মতাংদা দোনব মিনিষ্ট্রিগী পাউতাক মতুংইন্না চৎপনি কেবেলা ব্রুইমেনস কমিশনগী ফিভম যেংলুনবা। খৃ: ২০০৮ গী ওক্তোবব থাদনি।



কন্যাকুমাবীগী সমুদ্র তোব বান্দা লিংজানেং গাংটে, দা নবেন্দ্র, দা যামিনী

চৎমিন্নবিবনা কমিশনগী মেম্বব ওইবিবা লিংজানেং গাংটে, লিগেল এদভাইজব ওইবিবা দা: নবেন্দ্র সিংহগনি।

ঐখোযগী খোঙচৎ অদুদা কেবালাগী কোনুং টিরুভন্তপুবম (ত্রিবান্দ্রম) যৌবে। কেবালানা খা-ভাবতকী খম থেংবা চিদাইর্দান। চৎলিবা ঐখোযনা ভাবতকী নোংপোক চিদাই খম থেংনা লৈবা মনিপুবদগীনি। লম্বীদু ওন্থোক্লা শাংখ্রে। এবোপ্লেননা ইম্ফালদগী কলিকাত্তা যৌবগা এবোপ্লেন অমদা অমুক 'শন্দোক্লগা চেন্নাই যৌই। নোংমা লেপ্লগা মথংগী নুমিত্তা এবোপ্লেন্না ত্রিবান্দম যৌই।

কেবেলা ষ্টেটতি মহৌশা লাইবেম্বীনা খুদোল তম্বীবা ফজখ্রবা সমুদ্র খোঙবান, পাৎ, লানবন, চীং অমসুং মন্দিব যাম্না লৈবা লমদমনি। ঐখোযনা ফজববা টা উনদুদা চংশিনবদা যুবী পাম্বী, এবেকা বাদাম, পবেং পবেং হৌবা উই। যুমথকনা টাইলস কুপ্পা, ফল্লাং নেম্না খাবা যুম মচা মচাসু থেংনৈ। খবা চংশিল্লগদি ঙৌবোক ঙৌনা শাবা মসজিদশিংদগী অজান ঈশৈ লাওবকপা তাবে। মফমদুদা আবব সাগববু বেষ্টন ঘাটনা পল ওইনা ঙাক্কুনা লৈবি।

লম্বী অযাম্বদি সমুদ্র যৌই। ঐখোযনা বৈকাল বীচতা খোঙনা ওহাক চৎলি। সমুদ্রগী মপান্দুদা ঈথক্লা হুমদুনা পুবকপা ঙা মচাশিং লৈঙোই মকক্তুদা তা তাদুনা লৈহৌই। তোব বন্দনা যুবী পাম্বী মযাম উই। বীচতগী লেপ্তুনা যেংবদা চীং মচা মচাদা, বোকতা ঈশিংনা হন্না হন্না শাফু কন্না যৈবা দৃশ্য ওস্থোক্লা ফজখ্রে। ফনা কুইনা অদুম যেংদুনা লৈবকই। চীংগী লমদগী লাকপা ঐখোযনা সমুদ্রগী ইথক্কী ইপোমগা ওহাক শান্নবিঙে পূম্নমক কাউথোকলুই। অদুদা ঐগী কেমেবাদু ঈশিংনা চেন্থখিবা খঙহৌদে।

ঐখোযনা কেবালা টুর্বিষ্ট দিভলপমেন্ট কোবপোবেসননা চলাইবা হোটেল চিত্রমদা লৈবে। চঙবমক্তুদা ফক্লাংদা শ্রী পদ্মানাভা স্বামীগী দর্শনগী পুংফম ইদুনা থের্ংলিবদু উবে। ঐখোযনা লাই খুকমলুসি হাযনবে। মথংগী নুমিত্তা অযুক্তা ঙন্তা হৌদুনা দর্শন তৌবা চৎলে। কিউদা ফনা কুইনা লেপ্লবা তুংদা দর্শন ফংলকখি। ভগবান বিষ্ণুনা আনন্তশেষ মকোক যাম্না লোংবা লিলগী সয্যাদা চেপ্তুনা পোথাবিবা মুর্ত্তিদুগী দর্শন ফংজবকাখ।

শ্রী পদ্মানাভা স্বামী মন্দিব অদুমক্তু যাম্না লিববা মতমর্গীনি। ৫ শুবা সতাব্দীগী মমাংদা লৈবর্বান হায। মসিবু নৌনা শেমগৎতুনা মথবায



বিষ্ণু পদ্মানভা স্বামীগী মুর্ত্তি

হাপখিবনা খৃঃ ১৩৩৫ দা পানবা নিংথৌ বীর মারথান্দা বরমানি। মহাক অসি মথৌনা লৈবা, লৌশিং লৈবা নিংথৌ ওইবতা নত্তনা ধর্ম্মদা পুক্নিং চঙবা ঈশ্বরগী সেবাদা থব্রায় য়াওবা মীশক অমসু ওই। মন্দিরগী চঙফম মনাক্তা নিংথৌ অসিগী ফজরবা অয়েকপা চিত্র অমা থেৎতুনা লৈরিবদুনা মাবু অরাকপশিংদা নীংশিংহল্লি। মহাক্লা মন্দির অসিবু নৌনা শেমগৎ শাগৎলমই অমসুং লাই পুজা তৌবগী নিতী নিয়ম কয়া শেমগৎলমই। নিংথৌ বীর মারথার্ন্দদি বিষ্ণুগী ভক্তনি। মহাক্লা মরৈবাকপু অমসুং মশামকপু ভগবান শ্রী পদ্মনাভা স্বামীদা কথোক্লগা লৈবাক ঙাক্লমই। খৃঃ ১৬৮৬ তা হান্না লৈরম্বা লিরবা মন্দিরদু মৈনা তুম্না চাকখিবদগী নিংথৌ অসিনা খৃঃ ১৭২৮ দা নৌনা অমুক নুংনা, খুৎহৈবা মী লীশিং মবী শিজিন্নদুনা শাহনখিবনি। মীয়াম্না খৃঃ ১৭৫০ দগী হৌনা নিংথৌদুবু পদ্মানাভাদাস হায়না খঙনরকখি।

টিরুবন্তপুরমগী নিংথৌ পদ্মানাভাদাসকী পুন্সি ব্রাবীগা মণিপুরগী নিংথৌ বাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রগীগা মান্নবা যাম্না লৈ। লান্দা থৌবা, লৈবাক ঙাকপদা হৈশিংলবা নিংথৌ কার্ত্তা ভাগ্যচন্দ্র শ্রীগোবিন্দগী ভক্তনি। মানা মশামকপু, মরৈবাকপু শ্রীগোবিন্দদা কথোর্কখি। শ্রীগোবিন্দ নিরুপন তৌদুনা লাৎচবদা অষ্টকাল সেবাগীদমক নীতি নিযম কযা শেমগৎলি, সংকীর্ত্তনগী লোয়শং কয়া শেমগৎতুনা থনমই, কলা সংস্কৃতিবু চাউখৎহল্লমই। অসুম্না লমদম কয়াদা ইতিহাসকী তাংকক কয়াদা ভক্ত বৈষ্ণব ওইবা নিংথৌশিং পোকখি।

নিংথৌ পদ্মানাভা দাসনা পদ্মনাভা স্বামীগী হান্নগী উগী মুর্ত্তি অদুগী মথক্তা মোবটাবনা হৈবগা শালগ্রাম ১২০০০ গী মথক্তা মকোক লোংবা লিল অনন্তশেষগী মথক্তা চেপহন্দুনা নৌনা শাহনখিবনি। হৌজিক লৈরিবা মন্দিরগী যুম্বী মখোঙশিং নুঙগীনি। যুম্বী মখোঙগী মথক থংবা শরুক্তা নোংশাগী শক্তম তঞ্জায় মীগী শক্তম তংখায় ওইবা বিষ্ণুগী শাইওন উৎপা মুর্ত্তিনা লৈতেংই। অদগুম্বা মুর্ত্তিদু ঐনা উখি উরিষাগী কোর্নাক মন্দিরদা, পুরীগী জগবন্ধুগী মন্দিরদসু। যুম্বীগী মখাথংবা শরুক্তা হক্তুনা থল্লিবা

মফমশিংদনা কেগামগী থাউমৈ কৎলি। মন্দিব মনুংদসু কেগামগী থাউমৈদমক কৎলি। বিজুলি থাউমৈ থান্দে। অদুনা মন্দিব মনুংদু ইমম মমই।

মাগুবকী মচি মচিদা কনানা ভজন কীর্ত্তন শকই। কনানা পুজাগী লাইগী প্রসাদ নির্মল্য ফংনবা, খবনা লৈশু, যুবী, ধুপ থাউমৈ কৎনবা হোৎনবদা মীশিংদু মথৌ চিল্লি। মন্দিবগী মনাক্তা পোৎফম মচা মচাদা যোল্লি লাইগী মুর্ত্তি, ফোটো, কেসেটনচিংবশিং যোল্লিবদু ঙহাক ঙহাক লেপ্পুনা যেংলগা পোৎ-চৈ খবা লৈবকই।



পদ্মনাভা পুবম পেলেস

কেবলাদা থোইদোক্লা ঐখোযগী পুক্লিং চিংশিনখিবা মফম অর্মাদ কেবেলা কন্যাকুমাবী লম্বীদা লৈবা পদ্মানাভাপুবম পেলেস অদুনি। টিরুবন্তপুবমদগী মখাবোমদা কিলো ৫৫ বোম চৎলগা থাযনগী কোনুং অমনবদু লৈবে। ত্রিবাঙ্কুবগী নিংথৌশিংনা খৃঃ ১৫৫৫ দগীনা ১৮শুবা সতাব্দী ফাওবদা কোনুং ওইদুনা লৈবম্বনি। মণিপুবগী নিংথৌশিংগী কোনুং ওইদুনা লৈবম্বা কংলাগুম্বনি। মখোযগী কোনুং অদুদি কেবেলা সবকাবগী আবকিওলোজিকেল দিপার্টমেন্টনা নীংথিনা ঙাকশেন্দুনা থম্লি। ঐখোযগী গাইদনা কোনুং অদুগী তোঙান তোঙানবা মফমশিংদু ঐখোযদা উহল্লি। কোনুং মনুংগী কাশিংদু

উনা ইচম চম্না শেম্লনি। কাশিংদু ইনেম নেমই। যুমথক্কী ফক্লাংদা অযেকপা লাইশিং লৈ। মদুনা মতমদুগী সমাজগী বাজনীতিগী ধর্ম্মগী ওইবম্বা ফিভমবু তাকলি। পুবানগী লাইশিংসু যাওবি, শিব লক্ষ্মী, গকড, বিষ্ণু যাওবি। কোনুংদুদা আর্ট গেলেবী, আর্বাকিওলোজিকেল ম্যুজিযমসু লৈ। কোনুং অদুগী পাক চাওবা একব ৬.৫ নি। তেনখ্রবা খোঙচৎ অদুদা কোনুংগী দিপার্টমেন্টশিংদু কুপ্না যেংবদি ঙমলকখিদে। মবমদমগী ইতিহাস, কলচব খণ্ডহন্নবা ওজাশিংনা ছাত্র ছাত্রী মযাম পুবক্কুনা লাকহৌই। চঙফমদা টিকেৎ লৌই। ঈপশাদু শেমগৎ শাগৎপদা শীজিন্নে। পদ্মানাভা পেলেসতি ইন্টবনেসনেলগী থাক্তা মমিং চৎলবনি। উদা ফক্লাংদা হক্কুনা যেক্কুনা থল্লিবা কেবেল্লাগী কলচবেল হেবিটেজবু যেংবা লমদম কযাদগী লাক্লবিবর্নি। মদুবু ঙাকশেন্নবা কেবেলা সবকাব, তামিলনাদু সবকাব অনীমক্না পুক্লিং চঙলি।

বুইমেনস কামিশনগী থৌদাং পুদুনা চৎপা খোঙচৎতুদা কেবেলাগী মফম শবসি উবা ফংলকখিবনি। খোঙচৎ অদুদা ঈপাক অহুমগী লাংদাইফমদুদগী নীংশিং খুদোল খব ফিগাওদা হাপচিল্লগা হল্লকখি ঐখোয ইবমদমদা। অদুবু ঈথকতি লেপ্তুনা জগোই শাহৌবি।৺



কেবেলাগী সমুদ্র খোংবানগী দৃশ্য অমা

# পরশুরাম কুণ্ডদা তীর্থ স্নান

আসামগী টিনসুকিয়া জিলাগী মনুংচন্না লৈবা পরশুরাম কুণ্ডদু চীংলক্তা থেক্লা খোইনা, লৈনা-লৈনা গাড়ীনা য়াম্না শাংনা চৎলগা য়ৌই। খোঙনা চৎলবদি পাক য়ৌরোই। তৌবগীদি থায়না মুনি ঋষিশিংদি অদুগুম্বা মফমদা উমং ৱামং, শুরুং, চীংমান্দা খোঙনা চৎলগা মফমদুদা ধ্যান তৌরগা, অরানখুভম ফংখিবগী ৱারীদি লৈ। ঈশ্বরদা পুম্নমক কখোক্লবা মখোয়দুদি অৱাবা লৈতে। হৌজিক্কী মতম অসিদসু ভক্ত কয়ানা বাধাকুণ্ডগী চৌরাসি গোবর্দ্ধনবু দণ্ডবৎনা পরিক্রমা তৌনবি। মসি মানা মানা নিংজবা পামজবা লাইনিং লম্বীনি।

ঐনা মনিপুর ষ্টেট কমিশনগী থৌ পুদুনা অরুনাচল প্রদেশতা সেমিনাব অমা য়াওবা চৎপগী খোঙচৎতনি ঐনা পরশুবাম কুণ্ড য়ৌকবদু। সেমিনাব অদুদি লেন্দ রাইটস অফ ইন্দিজিনস বুইমেন ইন দি নোর্থ ইষ্ট ইন্দিয়া হাযবসিদা খৃ: ২০০৭ জুন তাং ৭ অমসুং ৮দা পাঙথোকপনি। সেমিনাবদু অরুনাচল প্রদেশতা য়াওরগা অমুক আসামগী ধেমাজি দিস্ট্রীক্তা লৈবা মনিপুরী বষ্টিদসু য়ৌই। মফমদুদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মনিপুরী মচাশিং মরু ওইনা নুপীশিংগা উন্নদুনা মখোয়গী ওইরিবা ফিভমগী মতাংদা খন্ন নৈনরুই। ধেমাজিগী মনিপুরী বষ্টিগা নক্লনা লৈরে লোৱার সুবানশ্রী হাইদ্রো ইলেকট্রিক প্রোজেক্ট অফিস। অদুগী দাক্তর ওইনা লৈরিবা ঐগী ইচা দা: পৃথীরাজগীদা য়ৌশিল্লে। ঐনা পরশুরাম কুণ্ড তীর্থ দর্শন ফংনিংই হায়বদগী পৃথীরাজনা গাড়ী থৌদুনা তীর্থ যাত্রা চৎলি।

পরশুরাম কুণ্ডগী ৱারী মহাভারততগী ঐনা তাখি। কুণ্ড অদুদা স্নান

তৌজববদি লঙজরুবা পাপ কোকই থাজনৈ। মমা মপাগী লমন শিংবা ঙমই হায়নৈ। ইমা ইপানা ঐখোয়বু তাইবংসিদা খোংদাহনবীদুনা, নাওকোনবীদুনা থৌদাং খরদং পাংথোকচবা ঙমহনবীবগীদমক পলেম পম্বৌগী লমন তোল্লবনি। পুন্সিদা মী অমনা মমাগী খোমলাং লমন শিংঙমদে হায়নৈ। পলেম পম্বৌদা লঙজখিবসু কয়ানি। অদুনা ঐহাক পরশুরাম কুণ্ডদা স্নান তৌজদুনা পলেম পম্বৌগী মফমদা তর্পন কৎচনিংই। মাঙগী লম্বীনা শাংহৌরবা তুংগী লম্বীনা তেল্লবা মতাং অসিদা পরশুরাম কুণ্ডদা ঐহাক তাং ১৪।৬।২০০৭ তা য়ৌরকখি।

পরশুরামদি বেদ শুনা খঙলবা ভৃগু শাগৈদা পোকপা ঋষি জামদগ্নীগী মপারীনি। মমা ইবেম্মনা মহারাজ প্রসেনজিৎকী মচাইবেম্মা রেনুকানি। মচিন-মনাও মঙাগী মনুংদা মহাক্না অতোনর্বনি। ব্রাহ্মন শাগৈদা পোক্লবসু ক্ষত্রিয়গী বিদ্যা; লাল শোক্লবগী খুৎশু-খুৎলাই তমদুনা মপুংফানা হৈখি। অকনবা মহারথি ওইখি। নোংমা পরশুরামগী অপোকপী রেনুকানা তুরেলদা স্নান তৌবা চৎপদা দানবকী নিংথৌ চিত্ররথনা মাগী তালোইগা লোয়ননা ঈশিংদা শান্নবম্বা থেংনবে। দানব নিংথৌ চিত্ররথকী নুপা ওইবগী ফজরবা শক্তমদু উবদা বেনুকাদা মীহৌবা ইবাং পোকলমই। ধ্যানদা পুম্নমক উরবা খঙলবা ঋষি জামদগ্নীনা রেনুকাগী সতীত্বদা চিংনবা পোকলে। মহাক মোৎলে হাযনা লৌদুনা বাবৌবে। মহাক্না মচানুপা মবীদা মমাবু হাৎলু য়াথং পীরে। অদুবু অমত্তনা যাদ্রে।

মতাং অসিদা পরশুবামনা ক্ষাত্রিযগী বিদ্যা মপুংফানা তমলুরগা ময়ুমদা হল্লকলমই। মপানা য়াদনা চৎখিবনি। মদুগীদমক ঙাকপিনবা হায়জখি। মাবু ঙাকপিনবা মপানা হাযবা অমা ইনগদবনি হায়না হান্না ব্রাশকহল্লে। মপাগী য়াথং ঙাকপদা পরশুরামনা মমাবু শিংজংনা মঙক কক্তনা হাৎলে। মপানা আর্শিবাদ তৌরে। অদুগা পরশুবামনা মপা ইবুংঙোদা বর নিজদুনা মমাবু অমুক হিঙ্গৎহলখি। অদুবু মমা হাৎলুবগী পাপনা পরশুরামগী মখুত্তা শিংজংদু নপশিন্দুনা অদুম লৈখ্রে। অদুদগী পরশুরামনা মহেন্দ্র পব র্বততা

লাই নিংখি। অদুদগী লাক্লগা কুণ্ড অমদা লুপ্লদা পবশুবামগী খুত্তগী শিংজং তাখি হাযনৈ। কুণ্ড অদুবু পবশুবাম কুণ্ড হাযনা ঙসি ফাওবদা খঙনবি। অশেংবা তীর্থস্থান ওইবি। মফমদুদনি ঐনা চৎলবিবদু।



পবশুবাম কুণ্ডগী মপান্দা অইবী

পবশুবাম কুণ্ড যৌনবা গেককামুখতগী অযুক ঙন্না ইচানা গাড়ী থৌদুনা শাংলবা লম্বী চৎলবা তুংদা ব্রহ্মপুত্রগী তোববান যৌবে। তুবেলদু লাল্লগা নাকল ব্রাংমদা দিব্রুগড সহব তাগদৌবিববনি। তোংলকলিবা গাড়ীদু ইঞ্জিন পানবা হি: মোতোব বোৎতা অমুক থৌগৎলে। হিদুদা গাড়ীদু হাপচিল্লে। মদু ইবায লাযনা হাপচিনবা যাবা নত্তে। তোববানগা হিবানগা শম্নহন্দুনা উপাক অনী থাবগা মদুদা গাড়ীগী চাকা অনীদু তাহল্লগা তপ্না ফম্বাক অদুদা থৌগৎলি। শোযগদ্রা হাযবগী ঐদ ইপা পাখৎলি।

হৌজিক্তি বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজি যাম্না চাওখৎলে। পাক্লবা ঈবৈ কল্লবা ব্রহ্মপুত্রগী ঈপাকপু মীওইবনা জয তৌদুনা মথক্তা থোং শাবে।

তুবেলগী ঈযাযদা ফৈনা থৎতুনা ঈশিং মনুংদা অচৌবা যোৎ যুংদুনা শাংলবা ব্রহ্মপুত্র থোং শাববনি, মথক্তনা ট্রেন চেলহল্লে। খোঙচৎ অদুদদি থোংদু লানবগী খুদোংচাবা ফংবা নত্রে। পীকলবা মোটোববোৎ অদুগী ফম্বাক্তা গাডী হাপ্তুনা, যাত্রিক কযা অমসু তোংদুনা পাল্লবা ঈপাক অদু লানবা তাখি।

ঈশিংনা নীক নীক চোল্লবা, ঈবৈ কল্লবা ব্রহ্মপুত্রগী পাল্লবা ঈপাক্তুদা পীল্লবা মোটোববোৎতুনা যাঙনা থৌদুনা চৎলি। অদুবু তোবর্বান ব্রাংমা যৌবদদি পুং ১ খবা হেন্না চঙই। তম্পাক্কী লমদা লৈবা চীংলক ফাওদুনা চৎপা ঐঙোন্দদি ঈশিংদু কিজে। কল্লবা ঈবৈনা মবৈ মবৈ তাদুনা চেল্লি। ঙা নাশুবীনা মবক মবক্তা মোংই। চেক্লাশিংনা পাইথবক্তুনা চেন্থবক্লিবা ঈচেলগী কাওশিংদা তোংদুনা ঙহাক চেন্থমিন্নে, অদুগা অমুক পাইখৎখি। মীৎকী কুম্মৈঙাকনি ফজ ফজবা ব্রহ্মপুত্রনা ঐখোযদা উহল্লকপা।

পাকচাওখ্রবা ব্রহ্মপুত্রদি সমুদ্র মচা অমগুম্বনি। হিদুনা লম্বী তংখাই চঙশিল্লকপদা ঈথৎ মচা অমা অমুক থেংনবে, মমিংনা মাঝুলি ইথৎ। মতৌশা কৌবা মঙাক্লা থাবি মফমদুদা অপীকপা পাম্বী মচা মচা খবা, চেক্লাশিংগী শাইদাংফম ওইহাল্লি মদুদা। কযাদা হৈখ্রবা মাগী খুৎশেম্মো। হিনা যাদ্রবসু মদুদা ঙহাক চঙজফম লৌদুনা শেম্বা যাই। হি অদুনা ঈথৎকী তোবর্বানদু নক্লা হোন দুনা চৎলি। অমবোমদা হিবুশিংদু মথৌ যাম্না চিল্লি। ইঞ্জিন পানবা হি মনুংদা ঈশিং চংশিল্লকপদু শিংতোকপা, হিদুগী মৈখু উতোং ফুন্দনবা শেন্নবা মখোযগী মথৌনি। মখোযনা তৌবিবদু উবদা ইঞ্জিন মখোল তপথবকপদা ঐনা খল্লি ঈযার্যসিদা হিসিনা লুপ্লবাদ কমদৌবা ' হিংবা শিবাদ ঈশ্বব মাগী খুৎশিলনি। মানা থোকপা মবাইনা শিঙ্গনি খন্দুনা ঈশ্ববদা শিন্নবে। তাঞ্জাদুদা হি মনুংদুদা অচাপোৎ যোল্লে যাত্রিকশিংদা হৈ মহী, কবোক, বুজিযা পেকেৎনচিংবা, খবনা মদু লৈদুনা চায।

ঐখোযনা তোংলিবা হি অদুগুম্না অমা অনীসু তোবর্বান ব্রাংমা অমবোমদগী যাত্রিক পুদুনা লাকই। হিংবগী লানফমদা মীওইবনা তৌবিবসি মখল মখাগী থবকনি। মী পুম্নমক অমদা নত্রে অমদা মথৌ চিন্নে। পুং ১

খবা হেনবগী দ্রামা লোইবদুনা উচিন-নাচিন্না যৌবে ব্রাংমগী তোব র্বানদা। হি থাংলে। গাড়ী অমুক লৌথবে। দিব্রুগড সহব যৌনবা গাডীনা অমুক মখা চত্থবে। যৌবদদি ফনা থেঙলে। নুমিদাং অদুদি দিব্রুগডদা লৈবা এন ঐচ পি সিগী গেষ্ট হাউসতা পোত্থাবে। মথংগী নুমিত্তা অমুক মখা চত্থবে।

খোঙচৎ অদুসু অবাইবা নত্তে। চৎকে লেপখ্রবা অনীংবা অদুনা পুদুনা চৎপনি। নোংনা লেপ্তুনা চুবি। লম্বীগী ব্রাদি র্কাব অমুক হায়র্কনি। অব্রাং নোংপোক লমদমগী চীং লম্বীনিদনা। ইম্ফালদগী দিমাপুব ফাওবা চৎপদা থেংনবি চীং নীংখাইবা, লম্বী খুবা, লোকচপ, লম্বী ফৎতবা। অরুনাচল প্রদেশকী আলোংদা চৎপদসু অদুম্না অদুমক থেংনখি। অদুগা যেংনরুববদি টিনসুকিযাগী পবশুবাম কুণ্ড যৌবগী লম্বীদু অদুক শাথিবদি নত্তে। লম্বীগী ব্রাদি থমখিসি। চীংথক অদুদা উমং মবক্তুদা ঈশং কাববা খোঙনেৎফম থাক অদুদা অমুক কাখৎ অমুক কুমথ তৌবদুদা শোযনিংঙাই ওইবা যামনা ব্রাবা থেংনবকখি। গাডীনা চীংখোঙ যৌবে। চীংখোঙ অদুদা চেল্লি ঈচেল অনী ব্রহ্মপুত্রগা লোহিতকা খুৎশম্নদুনা।

ফেব্রুব্রাবী থাদদি মফমদুদা মেলা তৌই হায। মফম কযাদগী র্যাত্রিকর্শিং লাক্লুনা ঈবোঙদুনা স্নান তৌবা, হৈ লৈ তর্পন কৎপা লাকনে। ঐনা চৎপা মতমদুদি কনা লৈবা নত্তে। জুন থাদনি। চত্থোক চৎশিন নুংঙাইবা, খোঙ খুৎ কংবা মতম নত্তে। ইচানা গাড়ী থৌবগা ঐগা আজেস পুখ্রম্বম অমসুং সিবু পান্দেগা চৎমিন্নবনি। মখোয অর্নামক গেরুকামুখতা থবক তৌদুনা লৈবনি। চৎলুসি হৌদুনা লার্কমিন্নবনি। আসামী মবোল খঙবা সিবু পান্দে লোয়নবকপদু খুদোংচাবা অমা ওইখি অতৈগা পাও ফাওনবা, লম্বী হংদোক হংজিন তৌবদা।

পবশুবাম কুণ্ডগী অকোযবদা লৈবিবা প্রকৃতিগী নীংথির্বাদ মফজ অমনি। ব্রাংখ্রবা চীংদোল অদুদগী লিক্লাই মহিগুম্নবা লংলবা লাইজনা শাফু কন্না চেম্থবকই চীংখোঙ তম্না। অদুগা হিমালযদগী টিবেৎ ফাওদুনা চেম্থবক্লিবা ঈচেল অদুগা তিন্নববি। ঈচেল অদুগী মযায চবুকতা লেপ্লিবা

যুগ পুববা লাইওইববা নুংজাও অদুদা শাফু কন্না ঈবৈগা লোযননা যৈশিল্লিবি হন্না হন্না ঈশিংনা। থক্তোবকপা ঈশিং ঈবীক্লা নোংদোন তম্না চোংখৎতুনা জগোই শাবি। লৈনা লৈনা হম্থবক্তুনা নুংজাওদুদা ঙাথু থেংথুনা কেজবম্লগা চেম্থখ্রি অমুক অকনবা তোবৈগা লোযননা লোহিত তুবেল মীংথোন্দুনা।

প্রকৃতিগী ফজববু কনানা থাদুনা লোইগনি'? মহাক্তনা মহেল্লগদবনি। হিমালয চীংজা ওদা কুপ্লিবা পশোংকুম্না ঙৌববা উন প্রকৃতিগী খুদোলনি। সমুদ্রগী লৈখাদা লোংতুনা থল্লিবা মুনি মুক্তাসু মাননি। খোঙচৎতুদা নীংশিংলকখি ঐনা অরুনাচল প্রদেশকী চিদাইদা শিযাং শিপু তুবেল অনীগী চিল্লোক্লফমদা লেপ্তুনা মফমদুগী নিংথিজববা দৃশ্য যেংবা ফংজখিবদো। তুবেল অনীদুনা চেম্থবক্তুনা পুবক্লগা ঈবোন্নুংদা লোংশিন্দুনা থল্লিবা ফজখ্রবা অঙৌবা নুং মচাশিং অদুদগী ঐনা খবদং খুল্লগা পুবকখিবদু ঙসিসু ঐগী টেবলদা লৈবি। মদু উবগা মহৌশা লাইবেম্বীবু হেন্না নুংশিবা পোকই।

ঐনা চীংখোঙদু যৌববদা পরশুরাম কুণ্ড সেবা সমিটিগী সাধু বাবাদু খুকমজদুনা ব্রা খবদং হংজবে। হিন্দি লোন্দা পাও ফাওনৈ। বাবাদু অহল ওইবে। জটা পুল্লি, কোই খাকই গেরুবা ফিজোল্লি। বাবাদুনা তাকপি - "নহাক মফমসিদগী সিডি থাক ৭০০ কাখৎকদবনি অদুদগী অমুক থাক ৭০০ কুমথবগা কুণ্ডগী দর্শন ফংগনি।"

চহী বাযশিল্লকপগী হৌনশা ঐদি খ্বাঙ খুকউসু নাববনি। কবম্না যৌগনি যৌদি যৌনিংখ্রেদা খল্লি। মখা তানা সাধু বাবাদা হংজৈ - "ঐবু কুণ্ডদু যৌবা ঙমগদ্রা বাবা ' কুণ্ডদা থাদগে খন্দুনা ইপুবোইবগী অবোইবগী চিতাগী উৎ পুদুনা লাক্লিবনি ঐদি।"

সাধু বাবানা হায "নঙ খবদি ব্রাগনি। নঙগী নতেং পাংনবা নচাসু যাওবিদনা। নঙনা পুবক্লিবা অষ্টিগী উৎ অদুদি কুণ্ড অদুমক্তা থাদবা চুমই।"

মহাক্লা ব্রাবী খবসু তাহনবীবকখি। চীংজাও অসিবু ফক্কাইদুনা চেম্থবকপা ঈশিংনা কুণ্ডসি শেমখিবনি। মফম অসিনি ব্রহ্মপুত্র তুবেলগী হৌফম। ঈচেলসিনা লোহিত তুবেলগা তিন্নদুনা সমুদ্র তম্না চেম্থখিবনি।

তপ্লা-তপ্লা কাখৎলে সিডিদু মথং-মথং। নোংসু অদুম চুবি। ছাটিন মচা অমদি যাওই। অদুনকাদি যাবা নত্রে। শেৎলি ইল্লিবা ফিবোল লোইনা চোৎলে। খবা কাবগা অমুক লেপই। অকোযবগী দৃশ্য উবদা অৱাবা খবা পোথাই। কযাদি ফজখ্রে' উজাওশিং - মদুদা উবীনা মবী মবী যেৎলি। চেক্লাশিংনা উপালশিংদুদা তোংদুনা মনিংতম্না খোংলি। হবি নোংনাং মখোল মানবসু তাই। উমং মবক্তুদনি কুণ্ড যৌনবা শেমদুনা থল্লিবা থাকসিডিদু। যাত্রিকশিংগী



পবশুবাম কুণ্ড

খুদোংচাননবা শীনবীবিবা আসাম সবকাববু পুক্লিংদা থাগৎলি। অদুবু সিডিদু শেম্বা কুইববা জাৎনি। মচি মচিদা কাযবে। ইশং কাবে। শিক-শিক্তুনা নাম্ভদনবা হোৎনদুনা তপ্লা-তপ্লা পোখা পোখা কাখৎতুনা সিডি ৭০০ জয তৌদুনা চীংথক্তা উচিন নাচিন্না যৌবে। অদুদগী শিডি ৭০০ মখাদা অমুক কুমথবে। ভগবান পবশুবামগী কৃপানা ওইবা তাই। কুমথবা অদুদদি কাখৎপদা অৱাবা অদুদগী হন্থবে। কুণ্ড যৌদুনা দর্শন ফংবদা অৱাবা পুম্বা কাওখবে।

নুঙগী শক্তম লৌরবা ময়াথাংলবা পরশুরামগী শীংজংনা ঈচেল অদুগী য়াইদা য়ুংনা লেপলি। অকিবা ফংনা কল্লবা ঈরৈনা হন্না হন্না য়ৈদুনা মদুবু চামথোক্লি। নাকল অমরোমদা হিমালয়গী মশা ওইনা শন্দোক্কুনা লৈরিবা চীংশাং পরেংনা লেপ্তুনা কুম্মৈদু য়েংলি। ইন্দ্রদেবসু কুম্মৈদুদা শরুক য়ারি নোং হৈথদুনা। মদুনা নীংশিংহল্লে ঐঙোন্দা মহাভারতকী ব্রারী লোয়ননা লৈখিদ্রবা ইমা-ইপা, অহল-লমন, ইচানুপী, ইপুরোইবা মথং মথং। মীৎতগী শিন্থরকপা পিরাংনা কুণ্ডদা তাখি। ঐনা পুজবকপা চেং থোইদিং লৈশু, ইপুরোইবগী চিতাগী উৎ লোয়ননা কুণ্ডদা তর্পন কৎতুনা খুকমজবে। খরা লুবা মফম ফাওবা কুমথদুনা লুপচরে ইচা পৃথিরাজসু, মপা মপুদা তর্পন কৎতুনা খুকমজরে। অসুম্না হায়নৈ কুণ্ডদা লুপ্তুনা স্নান তৌরবদি শেৎলিবা ফিরোলদু ঈশিংদা থাদবমগদবনি। ঈচেলনা ফিরোলশিং চেন্থখিবদু মীৎকি ৱাংমা লানবা ফাওবা য়েংলগা হান্নগী লম্বীদা অমুক তপ্না-তপ্না হল্লকখি পবশুবাম কুণ্ডগী দর্শন ফংলুবগা।⁂

# মাউসিনরাম শুরুংগী শিব দর্শন

শিলংগী মাউসিনরাম শুরুং (Mawsynram Cave : Mawjym buin) মনুংদা ঙাম্বোইরিবা শিবলিঙ্গ অদুগী দর্শন ফংবা নুমিৎতু খ্: কুম ২০০৭ গী ফেব্রুৱারী ৭নি। শুরুংগী থোংজিন্দগী থোরকফম ফাওবা মিটর ১৫০ গী মফমদু মহৌশা লাইরেম্বীগী খুৎশেম্মি মীনা শেমজিনবদা লুনা থোক্কনি, পাক মানবা ঙমলোই।

শুরুং মনুংগী য়ুমথক্তুদগী (roof) লাইম ষ্টোনগী Stalactite. Stalagmite মরী মরী য়াম্থরিবদু অঙকপা দৃশ্য অমনি। নাকল অমবোমদনা মখাদুদা চাওর চাওরবা নুঙজা ও মরক্তুদা অখুবা লম্বী অমা চঙখি। মচি



শুরুংগী মনুংদা য়াম্থদুনা লৈরিবা লাইম ষ্টোনগী শক্তম

মচিদা ঈশিং লৈ। ঈশিংগী ঈবাওখোলসু তায়। অদুবু উবদি ফংদে। ঈশিং তপ তপ তাবকই। নোংজু থাদদি ঈশিং থন্না লৈ, লিলসু থোকই হায।



শুক্রং মনুংগী দৃশ্য

শুরুং মনুংদু চঙবদা অহানবদদি লেপ্না চংবা চল্লি। খরা চঙশিল্লগদি খুজিল্লক্তুনা উপ্রাক্লা শিংলগা চঙলে। খরা চঙশিল্লগা নুংজাও অমদা ঙাম্হোইরিবা শিবলিঙ্গ অদু লৈবল্লে। শিবলিঙ্গদু লমদমদুগী মীনদি Mawjym buin কৌই। চাউববা Stalagmite অমনা শিবলিঙ্গ ওইনা শেমখিবনি। শিলিং মথক্তগী ঈশিং তপ তপ তাবিবদুনা লিঙ্গদু চামথোক্লি। অঙকপা পোকই ঙহাক লেপ্পুনা য়েংদুনা লৈরে। ঐগা চঙমিন্নবা মী ৩/৪ দু আ যৌখ্রে, মফমদুদা ইদোম ঙাইহৌবে।

ঐগা লাকমিন্নবনি শিলংগী চেবাপুঞ্জি হোলিদে বিজোর্ট য়েংলুসি হায়দুনা ঐগী মরুপ লিংজানেং গাংটে, লালজান বেগম। মখোয অনীদি শুরুং মনুং চঙবদু কিজে হাযদুনা থোঙজিন্দা লৈহৌববনি। চঙী বযশিল্লবা ঐনা অফাও শাদুনা, অকিবা যাওদনা শুরুং মনুংদুদা কোযচং চংতুনা খুত্তা পায়বিবা কেমেবা মচাদুনা শুরুংগী শক্তম খবসু ফোটো লৌশিল্লি। ভগবান শিবনা মাগী দর্শন ফংজহৌবো থৌজানবীবনা ওইবা তাই ঐনা



শুরুং মনুংদা শিবলিঙ্গ

অদু গুম্বা এক্সপবিযেন্স অমা ফংবা ঙমজখিবদু। ঐনা শুকংগী মপান্দা থোবক্লগা ঐনা উবকপদু মকুপ অনীদা পাউদম্লে। মকুপ লিংজানেংনা হায, কবিগী নঙ মদুদা চঙলুবনো। মদুদি ভুৎপ্রেত মফমনি, লাই ওক্লববদি নং শিবোইদ্রা ? অচুম্বমক্কি শুকংগী দশ্যদু ঙসিসু কাউঙমদনা লৈবি।ভগবান শিবদি ভুত প্রেত, অকিবগী মশক ফংলবা হিংচাবা, পিশাচশিংনা থৌগল তৌদুনা লৈ হাযবিবনি। তীর্থ পুম্নমক্কী ঈশিংবু চিংশিন্দুনা চেল্লিবী গঙ্গানা মহাদেবগী অবাধনা তৌবিবনি। অদুনদি শুকং মনুংদা ভগবান শিবগী নাক্তা শুকং মনুংদা ঈশিং লৈবা ঙকনিংঙাই ওইদে। ভগবান শিবগী মফমদা মৈ ঈশিং নুংশিৎ লৈনাক তুংদুনা লৈবিবনি। শা উচেক, লিল কাং পুম্নমক্কী মপুনি হায়দুনা মহাদেবব্ পশুপতি মিংথোল্লিবনি। মহাক্তি মফম পুম্নমক্তা লৈবনি মফম অমদা লেঙদনস্ লৈবনি হাযবগী মমিং সিত কৌবনি। মতম চুপ্পদা তপস্যা তৌদুনা লৈবনি। কুণ্ড মনুংদা ঈশিংনা তুংদুনা লৈবগুম্না জগৎ পুম্বনা মতুংন্দা তুংদুনা লৈ হাযবগী মাব্ কুণ্ডস্ কৌনবিবনি। ঈশিংবু নোং ওলহনবা, নোংবু লৈচিল ওলহনবা, শক্লোন পুবনি মহাক্তি। মাবু দর্শন ফংজবদু মঙ্গলগী মশকনি লৌই ঐহাক্তি।

শুকংদগী থোবক্লগা বসতা ঙাইদুনা লৈহৌবা মী অতৈগা পুন্না মখা চপ্পানে নন পুন্জিগা মফম খবা যেংবা। ঐখোয পুন্না মেঘালযগী টুবিষ্ট বসতা লমযে না লাকমিন্নবান। মনিপুব স্টেট কমিশন ফোব বুইমেনগী মেম্বব লংজানেং গাংটে, লালজান বেগম, চেযবপার্সন ওইবিবা ঐ ঐখোয অহুম শিলংদা পাংথোকপা " Workshop on powers of civil court vested with the commission " হযবা হৌবমদা নেশনেল কমিশন ফোব বুইমেন্না শানবা প্রোগ্রামদা যাওবা লাকখিবান। শিলংগী হোটেল পোলোদা নুমিৎ নীনি লৈবে। মণিপুবদি বন্দ লৈবনা হনবা যাখিদে। নুমিৎ নীনি লৈথবা তাখি হোটেল মেগনমদা। মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা ঐখোযনা চেবাপুঞ্জ হোলিদে বিজোর্ট যেংলুসি লাকমিন্নখিবনি। টুবিষ্ট গাইদ অদু পীক্তক তৌবদুনা ইংলিস ফজনা ঙাংই মমিংনা Kordorlin langri কৌই। মানা

লমতাক লমজিংদুনা ঐখোযনা যেংলকখিবনি চেবাপুঞ্জিগী মফম অতৈ খবসু।

মেঘালযদি মেঘ আলয লৈচিলগী লৈফমনি। ফজবদা স্বৰ্গগী নন্দন কানননি। নীংথিবা ক্লাইমেৎ অইং-অশা, অশংবা ফিজোন্নবা ফজখ্রবা চাং মচাশিং, পশোৎ কুম্মা ঙৌববা লাইজনা শেমলিবা ঈশিং চাইবী, লৈশু, শা উচেকনা অউববু শুমহৎপা লমদমনি। চেবাপুঞ্জি মেঘালযগী চাউথোকচনিং ড্রাই ওইবা মফমনি, মালেমদা চাওববা মফম অমা কাল্লবনি। নোংচুবদা খ্বাইদগী হেন্না নোং চুই হাযবগী মমিং চৎলিবা মফমনি। চেবাপুঞ্জিব লমদমদুগী মীংদি কৌই সোহবা। বৃটিশশিংনা থোল্লম্বনি চেবাপুঞ্জি। মেঘালযগী কোনুং শিলং আসমক ভাবতকী মনুংদা মমিং চৎপা অনৌ অনৌবা ফেসন লৈবা হিল ষ্টেসন অমনি। মেঘালয টুরীজম দিভলপমেন্ট কোবপোবেসন লিমিটেদনা মাযাম্নদা সাইট সিইং প্রোগ্রাম শীল্লি চেবাপুঞ্জি অমসুং মাউসিনবামদা। যৌক যৌকবা মফমশিংগী হোজংদা ইদুনা লৈ খুব্লৈ Khublei (Kyrkhu U Blei) হাযনদি ঈশ্বরন থৌজানবীসনু অসিনি। খাসি লোন্দা মীব তবম্না ওকপা বাংলা গুদ মোর্নিং- নমস্তে, গুদ ইভিনিং হাযবগুম্না



দুরান সিংহ সিম থোংথক্তা গাইদ কোব কোলীন, দা যামিনী, লিংজানেং গাংটে, লালজান বেগম

Duwan Singh Syim Bridge লাম্থোক্লে। থোঙ অদু খৃষ্টগী মমাং ২০০০দা পাল্লম্বা কনথৌববা নিংথৌ Duwan Singh বু নীংশিংদুনা শাবনি। থোঙ মযাযদগী লেপ্লুনা যেংবদা বাংলাদেশকী ভূমখৈ উবে। শম্বল খাদে। গাইদনা ঐখোযদা হায "আইননা যাদবা মওংদা মফমদুদা বাংলাদেশি যাম্না চঙশিল্লকই।" মফম অদুদা ফোটো লৌবে।

অদুদগী Thangkharang Park যৌবে। পার্ক অদু যাম্না পাক চাউই হেকটব মগ্না মখাযদ শেমগৎপনি। পার্ক অদু যাম্না লু নাল্লি। লৈ শু যাম্না শাৎল, ফজে। মফমদু, সমুদ্রগী লৈমাযদগী ফুট ৮৪০ বাংই, লেটিচুদ ২৩.৫ N, লোংগিচুদ ৯১ ৪১ E তা লৈবনি শাবনা টেমপবেচব ১৮দনি হাযনা ইদনা ফোংলি চঙফমদা। মতম শাংনা লৈদনা পাক থুংনা চৎতুনা যেংননবা অমুক্কা লাকনিংঙনা য়াওই।

অদদগী রামকৃষ্ণ মিশন যৌবে চেনা মার্কেটতগী কিলোমিটব ১ কম চৎলগা রামকৃষ্ণ মিশন লৈ। মাস স্ট্রীট অদুদা খ্বাইদগী কইনা লৈববা সংস্থা অমা । ২ ১৯২১ দা হৌবে সবকাবগী মিনিষ্ট্রি অফ ট্রাইবেল এফেযার্স। লংহৎপনি। মদুদা ঐখোয চঙশিল্লে। অঙাং মযাম অমা স্কুলগী ইভ্রানদে মদ লইশে ল ঈশে শক্তনা লৈবমই। মিশন স্কুলদুগী অঙাংশিংনা শাগদ হেন্দলম হেন্দক্রাপ্টকী পোৎচৈ যোনবা কান্টিন অমা লৈ, স্কুলগী মিউজিযম, লেংবে রেস্টোব লৈ। মিউজিযমদদ থুমোক, ফিবোল লৈতেংগী পোৎলম, টুপা, খং হৌ ভোঙানা ট্রাইবালশিংগা ঈশৈ নোংমাইদা শাজিন্নবা যগ্র চংবা পোৎচৈ থমই। নাংশিংপোৎ খবা চৎলিবা ঐখোযনা মখোযগী দকান্দদগা লৈদনা পুবকই।

অদদগী অমুক লোকালিকই ঈশিং চাইবা যেংনা চৎলি। চাংখোঙ ফাওদুদি যৌদ্রে। নাওকালিকা ঈশিং চাইবাগী শক্তমদি থাপতক্লা উবকই। মদু চেনা মার্কেটতগী কিলোমিটব মাববোম চৎলগা লৈবনি। ঈশিং চাইবাদুগী ন্যুংশিববা বাবা অমা লৈ লিকাই কৌবা নুপা অমনা শূনোমদুনা



ইমুং পুই। মাগী নিপানা যুমদা অঙাং শেন্নদুনা লৈহৌই। নোংমদি লিকাইনা যুমদা হল্লকপদা মানা মাগী ক্বাকুবাক্তা মীগী খুৎশা অমা যাওবন্বা থেংনবে। মানা হংবদা নুপাদুনা খুমই - মাগী পোক্তবা মচাদু হাৎলগা ককথৎলগা মখোযনা চানবা ইনশাং থোংদোক্লে। মদু তাবদা লিকাইদু ওস্থোক্লা নুংঙাইবমদে। মানা যুমদুদগী চেনখ্রগা ঈশিং চেস্থবক্লিবা চীংথক অদুদগী চোংথদুনা শিখি। মাগী মমিং লৌদুনা ঈশিং চাইবীদুগী মমিং থোনখিবনি হায।

মথংদা উবকপদু মাউসমাই ঈশিং চাইবীনি। মদু মাউসমাই খুঙ্গংদগী কিলোমিটব ১ বোমদং খা পাংনা চথবগা লৈবে। মফমদুদগীসু বাংলাদেশকী তম্পাক উবা ফংই। ওহাক লেপ্তুনা লৈ। মফমদুগী গাইদনা থিন থিন্দুনা অসিনি অদুনি অদানি তাকই ঐখোযদা।



মাউসমাই ঈশিং চাইবীগী বেকগ্রাউন্দদা লিংজানেং গাংটে, লালজান বেগম, দা: যামিনী

মথংগী নুমিৎতা দা: যোধচন্দ্র সনসম উন্নবে। মহাক মফমদুদা দাক্তব ওইদুনা লৈবি। মনিপুবগী RIMS হোস্পিটালগী ই. এন. টিগী প্রোফেসাব ওইবন্বনি। মশাগী কাব থৌদুনা ঐখোয অহুমবু কোইপু পুদুনা শিলংগী

মফম খবগসু যেংহনবীবে। অহানবদা অইবা বোবীন ঙাঙোমগীদা চৎতুনা চা-নুং থকমিন্নবে। মণিপুরগী শিলংগী ব্রাবী শামিন্নবে।

মখা চত্থবে। মণিপুরগা শিলংগা অনীগী মরক্তা যাম্না নক্নবা মবী অমা লৈরম্লিবা মফম বেদ লেন্সতা লৈবিবা মণিপুরগী নিংথৌনা লৈবম্বা, মণিপুর রাজবাড়ীদুদনি। হৌজিক্ত যেংশিনবীবা বাৎপনা ফজবম্বা নিংথৌগী কোনুং অমগুম্বা মফমদু অসিনি হাযবতা মঙাযহৌবে। শিলংদা লৈবা মণিপুরগী মচাশিংগী ওবগেনাইজেসন অদুনা শেমজিনবদি চত্থহৌবি। গাড়ীনা মথং মথং যৌদুনা যেংলকখিবা শিলংগী শিংথানিংঙাই ওইবা মফম খবগী মনুংদা বোটানিকেল গার্দেনসুনি। মফমদুগী ফজ ফজববা পাম্বীশিং লৈশিংনা ঐখোযবু ফনা কুইনা শুমদনা থম্মীখি।

মমিং চৎলবা গোলফ কোর্সসু উবকখি - ভারতকী মনুংদা তশুবা মফম কল্লিবা লিববা গোল্ফ কোর্সনি। খৃ: ১৮৮৯ দা মখুল ৯ লৈবা কোর্সনি। Captain Jackson অমসুং C R Rhodes শেমগৎখিবনি। থোইদোক্লা পাক্লং ন্যংশিংশাখবা মফমাদ অপিকপা জুগী থংনবদা লৈবিবা Lady Hydari Park অদনি। পার্ক অসি লৈখিদ্রবা Sir Akbar Hydari গী নুপীগী মিংদা শেমগৎপনি। মফমদুদা অচাংশিংনা হবাওনা চেন চোংদুনা শান্নহৌই। নাংশিংলকই Sir Akbar Hydari দি মণিপুরদা থোবকপদা খঙহৌদনা লৈখিদরবনি। খবনদ হাযনৈ থুমখোং যেংবদা লাই ওক্লদুনা শিবনি। অমরু ওইরে পার্ক অদুনা শিলংগা মণিপুরগা নকশিন্নহল্লি।

নোংমা নীনি লাক্লগা শিলংগী টুরিষ্ট সেন্টরশিং লোযনা উবা ওইথোকপা নত্তে। শিলংদা মহৌশা লাইরেম্বীনা তান্নবা খুদোল যামখ্রে। উরৈ মখল ৩০০, ফজ ফজখ্রবা উমং, উপাল, হৈপাল লৈপালশিং, উমংদা তাংজদুনা লৈবা শামু, কৈ, মখল কযাগী যোং, উচেকশিংগী মফমনি। ষ্টেট অসিদা নেসনেল পার্ক অনী Nokrek National Park, Balpakram National Park লৈ, Wildlife সেংচুরাবী অনী : Nongkhyllem Wildlife

Sanctuary, Siju Wildlife Sanctuary অনী লৈবিবনি। শিলংগী মহৌশাগী ফজবনা শুমহৎখিবনি কবি দা: কমলবু। অদুগা মানা শৈথাখিবনি মাগী কবিতাদা। অদুনা অপাবশিংদা শিলংদা চৎনিংবা পোকহনখি।

মথংগী নুমিত্তা নন্দকিশ্বরবনা অমুক ঐখোযবু পুদুনা কৈথেল কামিন্নবে। নন্দকিশ্বর ঐগী ছাত্রনি। মহাক শিলংদা থবক তৌদুনা লৈর্বনি। ঐখোযগী শিলং খোঙচৎ অদু যাম্না নুংঙাইখি। উবকখিবা অতৈদি মমি শামি তৌবে অদুবু শুকং মনুংগী শিবলিঙ্গ অদুদি মীৎতা শঙ শঙ উদুনা লৈব ঙসিসু।⌘



পিটচর প্লান্ট, পাম্বীসিনা অতৈ অহিংবা জীব ফাদুনা চাই হায়বগী মমিং চৎলি। অতাংবা পাম্বীনি শিলংদা ফংই।

# স্বামীনারায়ন অক্ষরধামগী অকোয়বদা

কলা, সংস্কৃতি, বিজ্ঞান, খুৎশা হৈবগী শক্তম পুন্না উনিংলবদি স্বামীনাবাযন অক্ষবধামদা ফংগনি। অক্ষবধামবু Where art is ageless culture is borderless values are limitless শিংথানবি। মফমদু যৌকবগী ভাঞ্জা অমা ঐনা দিল্লিদা চৎপদা ফংলকখি। খোঙচৎতি অফিসকী থবক্কা মবী হৈনবা। মনিপুব প্লেইমেন্স কমিশনগী চেযাবপাবশন ওইনা দিল্লিদ মপুঙই খবা উন্নবা কমিশনগী চে চাং খবা খোমজিনবা চৎপনি। ২০০৬কা ডিসেম্বব ২৩ দান। মথংগী নুমিৎতি ছুটি ওইবমখি। লাই খুৎমলসে, দিল্লিগা মফম খবা যেংলুসি হাযনা মশাগী থবক্কীদমক দিল্লিদা হান্না লৈবমবা ইবেম্মা বাধাপ্যাবী হৌবদুনা চৎমিন্নকই।



স্বামীনাবাযন অক্ষবধাম

মীওইবগী খুৎশেম্না অদুক ফজনা শেমগৎপা ঈশ্বরগী সত্যম শিবম সুন্দরম হাযবা গুনবু ফোংদোকপা অক্ষরধাম কমপ্লেক্স অদুদা চৎলুবদু ওন্থোক্লা লাইবক ফবনি খল্লি। কমপ্লেক্স অদুগী নীংথিবা ফজবনা লাইবম্লেনগী ভাবনানা পুক্লিংবু শুমহৎতুনা পুং খর্বাদ পোখাহনখি। অদুবু স্বর্গ হাযদুবা'? লাইবৈপাক্লা'' পীক্লিভৈদা অবোক্লা লীবির্খি স্বর্গগী নন্দন কাননগী, ফজবা লাইবৈবাক্কী ব্রাবী। অঙাং ওইবা ঐখোযনা ভাবনা শাগৎলি স্বর্গগী ফজবমখৈ। অদুনা হাযবনি অক্ষরধামবু স্বর্গ'' অক্ষরধাম কমপ্লেক্স অদু কোযবদা পুং ২/৩ দি হৌখিবা খঙহৌদে। একব ১০০ দা শেমগৎপা চহী কযাগী মাঙদ' যমুনা তুবেলনা চাম'থোক্লম্না মফমদা ভাবতকী সভ্যতা সংস্কৃতিবু উৎথোকপা তোপ তোপ্পা শক্তম লৈবা ফজবনা থল্লবা লাইবমলেনগী ওইবা পুক্লিংগী শান্তি পীবা অক্ষরধাম কম'প্লেক্সনি।

হোজং চঙবমক্তদা উবে ব্রাংথ্রবা যুন্নী মখোঙদা হক্তুনা থম্লবা মুর্তি মচা মযাম যাওবি। মদুদা গ্রহ মাপল, মুনি ঋষিগী ভক্তশিংগী মুর্তিশিং কননা কবম্না শাদুনা লৈতেংলিবা; হংলুবদা খঙলে - প্রমুখ স্বামি মহারাজগী লমতাক ইথিলদগী শেমগৎপনি। ভগবান স্বামী নাবাযনদা পুজাগা লোযনা প্রতিষ্ঠা তৌখিবনি খৃ: ২০০৫গী নভেম্বর ৭দা। খুৎইবা কলাকাব ২০,০০০না চহী ৫ চঙনা শাবনি। নুঙদা হক্তুনা খাল্লবা মুর্তি ৭২, গোমুখ (ষনগী মমায) ১০৮, ফুট ১০ শাংবা রিলিফ প্যানেল, নাবাযন সবোববদা গোমুখতগী হৈথবিবা তীর্থ ১০ গী শেঙলবা ঈশং, বিজ্ঞানগী লৌশিংবু খুৎশেমগী মতেংনা শাৎহল্লিবা সবোববগী থবো থম্বাল, যেংউ যেং উবদা ফজবগী ফজবা ঙাক্তা। চহী ৪,৫০০ শুববা ভাবতকী ধাতুনা শাবগী ট্রেদিসন অদুগী আর্কিটেকচরবনি শীজিন্নবিবা খুৎহৈবশিংদুনা। নুঙবু মবোল লোলহনবা পুক্লিংদা লাইগী ভক্তি পোকহনবা মন্দিরগী খুৎশাবোলদু নাগ্রাদি ষ্টাইল আর্কিটেকচরবনি। থোইদোক্লা পুক্লিং চিংশিনখিবদি ফুট ২৭ ব্রাংবা ভগবান নিলকন্থগী ফুট ১১ বাংবা ভগবান স্বামীনাবাযনগী সনানা শাবা মুর্ত্তিদুনি।

অক্ষবধামগী নীংথিনা শেমদুনা লৈশু শাংহল্লবা, খুৎশেম্মা ফজনা শেম্লবা উপাল মবক্তা খিল্লিবা ধাতুনা শাবা মুর্ত্তিশিংদুনা মবোল অমা। মুর্ত্তিশিংদুনা অবাকর্পাশংদা লীবি রাবীশিং: মহাভাবতকী, বামাযনগী, নীংতম লালগী, মবৈবাক নীংবশিংগী, মবম ওকপা অঙাংগী, মপুবোইবা নীংবী নুপীশিংগী, মুণি ঋষিগী। মীংকী কুম্মেদা শুমহৎতুনা পুং ২ হৌখ্রে। খুকউ নাবা খ্বাঙ নাবকপদা ভাব তাবে। মদুনা ঈঙ্গিৎ পীবে ঐঙোন্দা নঙ চোকথবে তোকলো পোথাবো। অক্ষবধামগী মফম খবদা লুনা নাল্লা লৈবি কানটিন, ইকজফম, পোথাফম। অমদা চঙ্দুনা মায মীৎ তাথোক্লে অচা অথক খবা চাবে। অক্ষবধাম চংবদা পৈশা লৌদে। খোংউপ তোংবা যাদে। মপানগী অচা অথক পোৎচৈ পুশিন্দুনা চঙবা যাদে। ঙহাক পোথাবগা তপ্না তপ্না, থোবকখি অক্ষবধামগী মীনা কক কক ইন্নবা মবক্তুদা।

অক্ষবধাম উবববদা প্যাক্লংদা চেনশিনলকখি ইবমদম মণিপুবগী দৃশ্য। 'দীল্লনা' কদাযদা মণিপুবনা কদাযদা খল্লকখি। তক তকুবা লম্বী থোং, মোনুমেন্টশিং, 'বক্রেসন সেন্টবশিং, পার্কশিং দিল্লিগী। মণিপুবদদি অমোং-মকায় পৈশন্দুনা মপৈ মপৈ লৈবিবা খ্বাইবম্বল কৈথেল, অমোংপা মবক্তুদা লোংমগী চল তর্গল্লবা থৌনাফবা মণিপুবগী নুপীশিং। প্লাস্টিককী অমোংপনা কুম্ভিনবাদুন ঈচেল নীংথিনা চেনঙমদ্রবা নম্বুল তুবেল মীংমাঙদা চোংথোবকই। মণিপুবদা অঙাংশিংগীদমক শেমগৎপব বিক্রেসন সেন্টব ইবে লৈতে, দিল্লদদি যাম্মা লৈ। অদুবুদি নেসনেল কেপিটেলনিদনা অদুগা মণিপুবনা খুঙ্গং। অদু ওইববসু খুঙ্গংবু শেমগৎলগা সহব ওইবকখিবনি। দিল্লিগী ওসি ওইবিবা শক্তম অসিসু তপ্না তপ্না শেমগৎ-শাগৎলকখিবনি। অক্ষবধামদগী হল্লকপদা লম্বীদা তালকোটাবা গাবদেন যৌবকপদা নীংশিংহল্লি ঐনা অহানবা ওইনা দিল্লদা লাকখিবদু। খৃ: ১৯৫৬ দনি। ইন্টবইউনিভবসিটি যুথ ফেষ্টিবেলদা শরুক যাবদনি। তালকোটবা গাবদেনদা ঐগা লোযননা দি এম কোলেজদগী নিপা ৫ নুপী ৫না কবুই দান্সতা গৌহাটী ইউনিভবসিটিগী মীহুৎ ওইনা জগোই শাবদা ফাস্ট তাবকখি। প্রধান মন্ত্রি

জৱাহবলাল নেহরুনা ফেষ্টিবেলদু হৌদোকখিবা ইনৌ নৌনা নীংশিংলকখি। ওজা মদনগোপালনা লুচিংদুনা বিবলা মন্দিব, লাল কিলানচিংবা মফম খবা উবা ফংলকখি। ঐনা থবক তৌববা তুংদা দিল্লিদা মবক মবঙা লাকখি। লাকপা খুদিং দিল্লিদা অনৌ অনৌবা শেমগৎপা শক্তম খবদি উবা ফংই। ও: মণিপুব ' ফজবদা নহাক্তি ভাবতকী সুইজবল্যানগুনি হাযনর্বাম্নর্বনিদো। ঐগী পুক্লিংনা অমুক অক্ষবধামদা যৌবকই। ঐস্ যানিংই ইউ এস এগী আর্বকিটেক্ট John Arzarian না যোংদোর্কখিবদ্ " It is difficult to express the spirituality that exists here The English language does not have words that could express that emotions that one feels " শঙ্গোম ক্ষীবগা মহা ও কমদৌগো হংলবাদ চাবগা খণ্ডব ভুমশানি। ঐখোযগী অঙাংশিংবু এক্সকবসন্দ মযমদুদা অমভং পুদুনা উইল্লবাদ কমদৌবা '।



অক্ষবধামগী মনুংদা লৈবিবা কলাগী পোৎলম খব

# চীংদোল তরেৎকী মবুংঙোগী নাক্তা

কোহিনুবগী মশাইগোন ওইরিবা হাইদ্রাবাদতা চৎপগী খুদোংচাবা অমা খং: ২০০০গী শৈহৌদা ফংখি। মদু ইন্দিয়ান এসোসিয়েসন ফোর বুইমেনস ষ্টদীজনা "বুইমেনস পারসপেকটিভ ওন পব্লীক পোলিসি" হায়বা হিরমদা শিন্দুনা ২০০০গী জানু: ৮ ১১ ফাওবা পাঙথোকপা কনফরেন্স অদু যাওবা চৎপদনি। মনিপুরদগী ঐখোয় মরী : প'উনাম মেম্মা, এম. রত্নো, কাংনাম মোমোন, ঐহাক্না কনফরেন্স যাওববা ওদো ট্রিক্পর্ণভম য়োংশল্লগা চীংদোল তরেৎকী মবুংঙো য়েদ কোন্দললাবদু হাকমলসি লেপ্লুবে। হাইদ্রাবাদতা দাক্তর ওইদুনা লৈরিবা, তেলেগু লোল খঙলবা কৈশামপাৎতগী ঐগী মরূপ নাসান্দ্রবানীগী মচাইবুংঙো দা: নিবোদ কুমারবু হৌদুনা চৎমিন্নরে।




বুইমেন্স ষ্টদিজগী কনফরেন্স

ধর্ম্মাপুবদগী ট্রেননা অন্ধ্রপ্রদেশকী টিকপতিদা জানু: ১৪গী অযুক অঙনবদা যৌবে। ষ্টেসন নক্কা লৈবিবা শ্রীবালাজি লোজদা পোৎচৈ থমজিল্লে। ইকমাইথজবগা টেক্সিনা ভেঙ্কটেস্বব স্বামী: যেদু কেন্দলাবাদু দর্শনগীদমক খোঙশাল্লে।

খোঙচৎ অদু ওন্থোক্লা নীংশিংনীংঙাই ওইখ্রে। চীংখোঙদগী টেক্সি গাড়ীদুনা থেক্লা খোযনা লৈ লৈদুনা অঙম্বা লম্বীদা থৌগৎলকই। মহৌশা কৌবী লাইবেম্বীনা অশংবা ফিজোল থোল্লদুনা হৈকোল লৈকোল, উমং মবক্তুদা কেকু লোৎপি শান্নহৌই। নাকল অমবোমদনা খুৎশেম্না ফজহল্লবা উফুল বাইফুল থাংদবা শৃৎ নানবা লম্বীনা থেক খোয তৌদুনা ঐখোযব্ পুবীবে। গাড়ীদুনা লৈ লৈদুনা লম্বীদুদা কাখৎপদুদা ওন্থখিনি খল্লুদে, কিনিংঙাই ওইকদে। টিকমলাই টিকপতি দেবাস্থানম ট্রষ্টনা শেমদুনা নং অমসুং যোৎকী বেলিং খাদনা যাত্রিকশিংগী খুদোংচাননবা শেমদনা লৈ। লম্বী শাংনা চৎলক্লবদা গাড়ীগী ইঞ্জিন শাগৎলকপদু লম্বীগী মাচ মচদা খিন্দুনা থল্লিবা বোদ বাটব হাপচিন্দুনা ইঞ্জিন্দু ইংথহল্লগা অমুক থৌগৎলে।

গাড়ীদুনা চীংদোলদু তম্না থৌগৎলকপদা চীংদোল তবেৎ মথং মথং লাম্থোকই। চীংদোন তবেৎ অদুদি সোযাচলম, বেদাচলম, গৰুড়াচলম, বৃশাবদ্রী, অঞ্জানদ্রি, আনন্দগীবি অমদি ভেঙ্কটাচলমনি। চীংদোল তবেৎ তমথং মথং লাম্থোবকপদা ফজ ফজখ্রবা দৃশ্য কয় দই। চাংথক্তগী চীংখাদা যেংথকুবদা চীংখোঙদগী শন্দোকখ্রবা টিকপতি সহবগী নাংথিজবা শক্তেমদু কযাদা ফজখ্রবা। চীংদোন অদু যৌনবা গাড়ীদনা লম্বাদুগী মতুংইন্না অসুম অসুম থৌগৎলকপদা ঐখোযসি লৈচিলগী মথক্তা পাইবগুম ইশাদা ফাওবকই। লৈচিল মবক্তুদা মহৌশা লাইবেম্বীনা অশংবা বেশম ফুবিৎ থোল্লদুনা থেক্লা খোই-খোই জগোই শাগুমই। অতিযাদা লৈচিলনা শাংথ লেংথনা শন্দোক্তুনা লৈখ্রি। লৈচিলনা মকে শেম্লদুনা শক্লোন কযাসু উখোকলি। কাপথোক্লবা লশিংবু মহৌশা লাইবেম্বীনা শবা শন্না চাইখো কুনা শান্নবিবদুনা ঐখোযবুদি পুংগুম শুদ্ধৎপিবে।

মাগুদা খিল্লিবা চাওববা গরুড়গী মুর্ত্তিদু উবদা মন্দিরগী হোজং লানশিল্লে হাযবা খঙলে। মন্দির অদুদি নিংথৌরেল কযা পুন্সিবক্লবনি। লমদমদুদা পাল্লম্বা পাল্লভা, চোলা, পাণ্ডা শাগেগী নিংথৌশিংনা মাগী মাগী মতমদা সনা লুপা, লম্ফুম থাদদুনা মন্দির অদু লৈতেংলম্বনি, ঙাক শেল্লম্বনি। তরাতরুকশুবা শতাব্দীদা বিজযানগরগী নিংথৌশিংনা পানবা মতমদা নৌহৌননা অমুক শেমজিন-শাজিনবদগী মন্দিরদুগী অনৌবা শক্তম অমা শেমগৎলকখির্বনি। ঙসিদি মন্দিস অসিদা খ্বাইদগী হেন্না মীযাম্না লাক্লুবা মফম হাযবদু ওইবে। মফম অদুদা নোংময়দা মী লিশিং কুনমঙাগী মথক্তা লাই খুকম্বা লাকই। মদুগী মরমদি টিরুপতিগী ভেঙ্কটেশ্বর স্বামীদা নিজববদি মী অদুগী অপাম্বা, অনিংবদু শোয়দনা থুংই হাযনা থাজই।

মন্দির অদু লৈরিবা টিরুমলাই চিংদোন। অদু মিটর ৮৯০ বাংই। টিরুমলাইগী চিংদোন সেয়াচলম, বেদাচলম, গরুড়াচলম, বৃশাবদ্রী, অঞ্জনাদ্রি, আনন্দগিরি অমসুং ভেঙ্কটাচলম চিংদোন তরেৎকী মরুংদোগীন হাযদুনা ভক্তশিংনা শ্রীভেঙ্কটেশ্বরস্বামীবু "যেদু কোন্দলা রাদু" মিংথোগৈ। শ্রীভেঙ্কটেশ্বর স্বামী: যেদু কোন্দলা বাদুদি শ্রীবিষ্ণুগী অবতারনি। বিষ্ণুনা অবতার তৌরিবগী



শ্রীভেঙ্কটেশ্বর স্বামীগী মুর্ত্তি

নুংশিথ্রবা ব্রাবী লৈবি। কলিযুগ অসিদা মফম খুদিংদা মীনুংশি যাওদবা থৌদোক ব্রাথোক যাম্না থোবক্লে। অকনবনা অশোনববু তুহৎপিবে, মখোযনা অচুম্বা শক্লে। মফম খুদিংদা শান্তি লৈত্রে। অসিগুম্বা মতম অসিদা ফত্তবা মীবু মাঙহন্নবা, ধর্ম্মবু থিঙ্গৎহন্নবা শ্রীবিষ্ণুনা শ্রীভেঙ্কটেশ্বর ওইনা অবতার তৌই হায়বসি শুকদেব মহর্ষিনা মুণিশিংদা লিবা ব্রাবীদগী খঙবা ঙমই।

ভেঙ্কটেশ্বর স্বামীনা ঙাম্ব্লোইবিবা টিকমালাই চীংথক অদুদি ফজববা সহবমচা অমগুম লৈবল্লে। মফমদুদা গেষ্ট হাউস, হোটেল, লৈকোল, টেলিফোন বুথ, পোষ্ট অফিস, হোস্পিটালনচিংবা, পোৎযোনবা ষ্টোলশিং লৈ। ষ্টোলশিংদুদা নীংশিংনিংঙাই খুদোলপোৎ ওইবা লাইগী মুর্ত্তি, লাইগী প্রসাদ, হেন্দিক্রাপ্টকী পোৎচৈ, পুজাগী পোৎলম, কোল লিকনচিংবা যোল্লি। মন্দিরগী নাক যৌশিল্লকপদদি লৈশুগী, অগবর্বা ঙাগী নুংশিববা মনমদু মালংনা হুমলক্লুনা ইশাদা যৈবৈ। মদুনা পূক্লিং হকচাংবু তেখখৎহন্দুনা শ্রীভেঙ্কটেশ্বর ইবুংঙো মাগী নাক্তা থুনা যৌনিংহল্লি।

ঐখোযনা লুপা ৫০ পীবা টিকেৎ অমা কক্লগা দশন ফংনবা চঙশিল্লি। কিউ অদু ওম্বোক্লা শাংখ্রে পুং অমবোম চঙ্ডইলাইমাঙ যৌবদা। কিউ লেপ্পদুদা খুদোংচাননবা হাযদুনা অশীন অবাঙশিংনা সেদ কয়া শাদুনা থমই, ঈশিং থক্রবা টৌটি কোনজিন পান্দুনা লৈ, শিলিংদা ফেন থাদুনা থমই। যাত্রীকশিংদুনা মতম শাংনা কিউদা লেপ্পদা বাবক্লবদা অমনা হেক্তা লাওবকই "গোবিন্দ" মযাম্লস খমই "গোবিন্দা"। ইবুংঙো মাগী মিংলেন শোল্লি শোল্লদুনা লাইমাঙ যৌশাল্লি।

কিউ লেপ্লিঙৈ, লাইমাঙ তম্না চংশিনবদা নীংশিংলকই স্ত মহার্ষিগী ব্রাবীদা মতৌ কবম্না টিকমালাই চাংদোলদা ভেঙ্কটেশ্বরনা মুর্ত্তি ওইনা লৈখিবগে হাযবদু। ভগবান বিষ্ণুনা ভেঙ্কটেশ্বর ওইনা অবতার তৌববগী ব্রাবীদি কাশ্যপ মুণিনা মীওইবগী যাইফনবগীদমক্তা গঙ্গাগা তোর বান্দাযজ্ঞ পাংথোকপা থৌবমদুগা মরী লৈনৈ। যজ্ঞদুগী পূন্যাহুতি পীবীযু হাযনা ব্রহ্মাদা অমুক ভৃগু মুণিনা চৎলি। অদুদসু মুণিবু থৌওইনা তৌদ্রবা মদুদা শাওদুনা ভৃগুনা বিষ্ণুগী থবাক্তা খোঙপাক্লা কাওখি। বিষ্ণুনা ব্রাবৌদে ভৃগুগী খোঙগী খোঙ্গুল থবাক্তা লৈতেং ওইনা থমখি ভক্তগী মগুন খঙহনখি।

মদুদা লক্ষ্মীদি শাওদুনা বিষ্ণুগী নাক্তগী চংখ্রে। বিষ্ণুনা লক্ষ্মী থিবদা টিরুপতি যৌবকখিবনি। বিষ্ণুনা ভগবান ভবতা স্বামীদগী লম মচেৎ অমা লৌদুনা ভেঙ্কটেশ্বব স্বামী ওইদুনা পদ্মাবতীগা লোযননা টিরুপতিদা লৈখি। হৌজিক্তি ভগবান ভেঙ্কটেশ্ববগী থবাক্তা লৈতেং ওইনা লৈবি লক্ষ্মী পদ্মাবতী অনীগী মুর্ত্তিসু। ঙসিসু কলিযুগ অসিদা ভগবান ভেঙ্কটেশ্ববনা টিকমালাই চীংদোলদা ঙাম্থোইবীদুনা ভক্ত লিশিং কযাদা দর্শন পীবিবি। কৃপা ফংহনবীবি।

কিউদগী ঐখোযগী পালি যৌবদুনা মন্দিব যৌবে। মনুংগী মন্দিব অদুদি সনাগী সনা ঙাক্তনা পুম্লং লংই। অদুক যাম্বা সনাদি পুন্সিদা অমুক্তা উখিদ্রি। মী কযানা পুন্সিদা সনা মচেৎ অমগী মপু ওইবা ঙমদ্রি। অদুক যাম্বা সনাদু ইবুংঙো মাপু নিংজবা ভক্ত শিংনা কৎলবনি। মঙোন্দা কৎলবিবা পৈশা লন্থুম অদুগী শকক কযা হেন্না ভেঙ্কটেশ্বব স্বামীনা মনাইশিংদা ফংহল্লি হাযনৈ। মঙোন্দা কৎলবা লন্থুম পৈশাদুনা টিকমালাই টিরুপতি দেবাস্থানম ট্রষ্টনা



টিকমালাগী হোজংদা ঐখোয

শিন্দুনা মীওইবগী কান্নবা হাযদুনা হোস্পিটাল, ইউনিভর্বসিটির্নচিংবা লিংখৎলি। ঐখোযনা চৎপা নুমিৎতুদা মীওই অহুম্না লুপা লাখ অহুম  অহুম

কৎলৈ। পৈশাগী বোডাখাউ অহুম মবীসু মন্দিব মনাক্কী অফিস অদুদা উবকই।

মন্দিবগী থোঙ হাংদোক্তুনা শ্রীবিষ্ণুগী মুর্ত্তিদু দর্শন ফংহনবীবে। শঙ্খ, চক্র গদা পদ্ম খুত্তা থোনবা, লক্ষমী, পদ্মাবতীগী মুর্ত্তিনা থবাক্তা লৈতেংবা, সনাতনা থান্নবা লৈতেংগা লোযননা মীকুপ অমতং দর্শন ফজবদুদা ইপেন পেল্লি। মতম শাংনা দর্শন তৌদুনা লৈর্জনিংবনি অদুবু অশীন অবাং সেবাবীশিংদুনা লৈহন্দে, যাম্না থুনা ইম্ভোবকই। ইবুংঙো মঙোন্দা লুপা চামদং কৎচগে নীংদুনা পুজবনি, চবন্দা কৎপা যাদে গুন্দিদা কৎচক হাযবে। মফমদুদা অহানবা ওইনা লাকপনা লম্বা মুন্না খঙদবনে, মতম্না থেঙ্গ্রজল্লকপনে, কিউনগা শাংবনে, কৎফম খঙদ্রে। ইবুংঙো মঙোন্দ কৎকে নাংজবদু ফংদনা হনবা তাববদা মঙোন্দা ওনশিল্লগা অসুম্না ইদোম শোঙ্গে -



ভেঙ্কটেশ্বব শ্বামীগী সনাগী মন্দিব

"ওঃ পুর্নমদা পুর্নমিদং পুনাৎ পুর্নমুদ্যচতে পুর্নস্য পুর্নমাদায পুনমেবাবশিশ্যতে।"

পুম্নমক ইবুংঙো মাগী মবল ঙাকনি মঙোন্দা অবাংপা কাবসু লৈতে। লৌথোক্লগসু মচেৎ তাদবা, হার্পাচিল্লবসু অহোংবা লৈতবা মপুংফাবা ইবুংঙো নঙোন্দবু ননাইনা কবি কৎকনি। নঙগী দর্শন ফংহর্নাববা অসিনা ননাইগী অপেনবা ওইজবে। অসি হাযনা খুকমজবগা হল্লকখি।৯৬

# শিব সাগর তোবর্বান নাক্তা

তেখাও লৈবাক্তা লৈবিবা শিবসাগব ঈপাক অদুগী নীংথিজবা দৃশ্যদু উবদা শুমহৎলোইদবা কনাবু লৈগদগে। ঈপাক অদুগী পাকচাওবদুদি ময়ুং মফেলদা মাইল অনীগী স্কোযার্বনি। মীৎনা উবগী বাংমা লান্না ঈপাক অদুনা শন্দোক্লুনা লৈখ্রি। তোবর্বানদুদা ফমদুনা মীৎকী কুম্মে কযা যেংদুনা মতম ফন শাংনা লৈবকখি। ঙানু থঙ্গোংনচিংবা চেক্লা কযা শঙ্গু শঙ্গু পাইবক্লুনা ঈপাক্লুদা চাক্লাবৈ। খবনা ঈকপুন্না নুংঙাইনা ঈপাক্লুদা শান্নবি। লেমলৈ ঙাশিং, থেঙ্গুশিংসু মনিংতম্না শান্নদুনা লৈ। মহৌশা লাইবেম্বীগী ফজখ্রবা শক্লোন কযাদ্বু শৈথানবা ঐগী ব্রাহৈ লৈজদে। শিব সাগব ঈপাক উকবদা ইবমদমগী লো ভাক পাৎপু নীংশিংই। ফজর্বনিদো লোক্তাক পাৎ' অতাওবনি ভাবতকী লৈমাযদা। অদুম ওইনমক যেংশিনর্বীবা, শেম্বীবা ব্রাৎপদগীবা, কান্নবগীদমঙা লৌথোর্কাপিবনবা নুংশিবী লোভাক পাৎতি মতীক মঙম ইশান শান্দবে। অদুগা শিব সাগব ঈপাক্তি তক তকনা মশেক মঙাল থোক্লা লৈহৌবি।

শিব মহাদেবগীনি হাযদুনা ঈপাক অদুবু শিব সাগব হাযনা খঙনৈ। ঈপাক্লুগী নাক্তা ঙাম্লোইবি শিব মহাদেবনা নীংথিববা মন্দিব নুংদা। শিব মহাদেব ইবুংঙোব্, শিব সাগববু দর্শন তৌবা পুক্লিংগী শান্তি থিবা ভক্ত যাত্রিকশিং কযা লাক্লে। মফমদুদা চৎতুনা শিব মহাদেববু, শিব সাগববু দর্শন তৌবগী খুদোংচাবা ফংর্জখিবদু খৃ: ২০০২গী চহী অবোইবা নুমিৎতনি। বাসেশ্ববী পালানা শীন্দুনা তেখাও লৈবাক্তা, মচা ইবেম্মা শিজ ফোংদলোকপীগী মশাযগোন্দা মণিপুব কলচবগী ফেষ্টিভেল অমা পাঙথোক্লুবা থৌবমদা শকক যাবা চৎলুবর্দনি।

শিব সাগব ঈপাক্কী তোববান নক্লনা শিব মহাদেব, দুর্গাদেবী, বিষ্ণুদেবগী মন্দিব লৈ। বিষ্ণু মন্দিব অদুবু মফমদুদা বিষ্ণুদোল হাযবগা খঙনৈ। মন্দিবগী অদুদনি শ্রীগোবিন্দ বাসেশ্ববী পালা মরুপনা শিন্দুনা মণিপুব কলচবেল ফেষ্টিভেল অমা মফমদুদা লৈবা মৈতৈগী কলা কেন্দ্র সংস্থানগা খুৎশম্নদুনা ঈশৈ, বাসেশ্ববী পালা সংকীতন, সিমপোসিযমগা লোযননা পাঙথোকখি।



শিব সাগবগী বিষ্ণু দোলদা পাংথোকপা মনিপুবী কলচবেল উৎসব

বিষ্ণুদোল অদুদি মহাবাজ শিব সিংহগা মতম থংনা অম্বক কুনাইশংনা খৃ: ১৭৩৩ দা কংলম্মি। বিষ্ণুদোলগা নক্লনা লৈবনা শিব মহাদেব মন্দিবগা হোজংদা দকানা মচা মচাদা লাইদা কংনবা কম্পদা হাপ্পা বাত্তি, শঙ্গোম, লৈশু, ধুপ অগবরত্তা যাম্না যোল্লি। মদুদগা অবাকপা মর্ম এর্কশংনা লৈদুনা ভগবান শিবদা কংনবি, অপাম্বা বব নির্নবি, ব্রাহ্মন পণ্ডিতকী মতেং লৌদনা মন্ত্র থীহল্লি। বত্তিগী মৈঙাল, নুংশিববা অগববত্তীগী মনম্না মফমদু শিম্লুংনা যোল্লি অদুনা পুক্লিংদা অধ্যাত্মিকী বাখল পোকহল্লি। ঐখোয খবসু মহাদেবগী শুকংদুদা শঙ্গোম হৈদুনা চেঙ থোইদিং লৈশু কংতুনা খুকমজববকখি।

খোঙচৎ অদু এদভেনচব অমনি হাযবা যাই। চৎকদবা নোংমা নীনীদু ডিমাপুব লক্ষ্মীদা বন্দ, ব্লোকেদ তৌখি। নোংমা বন্দ হাংদোকপা নুমিৎ অদুদনি লক্ষ্মীদুদা বসনা ঐখোয ৩০ চৎপদু। ডিসেম্বব ২০০২গী তাং ২৯দনি। ঈংবনসু মহা ওই। গবম পানিদা বস লুট তৌখিবগী ৱাদু ফোং ফোং শাবি। নুমিদাং পুং ১০ তাশিল্লকপা মতমদুদনি ঐখোযগী বস অদুনা গবম পানিগী জঙ্গল ফাওবদু। ৩ংখায যৌবদা মী ৫ / ৬ না মখুৎ তিংথোক্লুনা বস লেপ্পবা খামই। দ্রাইভবনা হৈশিংনা ঙমজবী থাদুনা এক্সিলেটব কাওশিন্দুনা উচিন ন্যাচিন্না মফমদু লাম্থোকই। মণিপুবদগী মপান্দা ব্রহ্ম কোল ফাওদবা কুইবে। টেলিগ্রাম থাদুনা ঐখোযবু ওকপিবস্মু পুং ৯ তাবদা হাযজখি শ্রীলৌক্রাকপম ভোবোৎ সিংহ মণিপুবী কলা কৃষ্টি কেন্দ্রগী মেম্বব, শিবসাগবদা লৈবদা। মহাক হাযচবা মণিপুবী খুলদা লৈবনি। হান্না মশক খঙনখিবা নত্তে, চিঠি চৎনদুনা পাও ফাওদোক্লুবনি।

ঐখোযনা খুলদু যৌবদদি নুমিদাংগী পুং ১১.৩০ তাবে। লক্ষ্মীদা কনা উদ্রে। খল মনুং চংশিল্লে। মাগী যুম চঙদুনা থোঙ থিন্দুনা মথং মথং হৈদোক্লু ক... ... ক মোক লাওদে। ঙম্না ঙমথুন হুগা লৈখবে। হং হংদুনা ... ... চংলে। মনাক নকপা সিংহদাব হাযবা খুলদু যৌবে। থোঙ থিনবদা ... ... ... আহনদা নুপী অমদি থোঙ হাংদুনা হেনবকই, কনা কনানো ... ...। ... ... মহাক্তু মৈতৈ নুপান। মমিংগী পুথ্রম্নম ... দেবা। ... নুপাদি ... খঙদে, থৌনা ফৈ, হাযবদু চপ চানা প্রমাণ তৌবে। মী অমতনা থোঙ হাংউ ... বগী মবম হংবদা মহাক্না হায মনুংগী মীশিং ওইবমগদ্রা কদনা হংনদবান। খুৎলাই পাযবা লালহৌববু ওইববসু, সিফাইবু ওইববসু লাক্লু লাক্লিবা খেংনবা ঙম্নান মণিপুবগী নুপাদি। মৈতৈ নুপীদুগী মতেংনা পাও ফাওদোক্লুবে। মতমদুদা লৌক্রাকপম ভোবোৎতি মযুমদা লৈবমদ্রে। মহাক্না শিন্নবম্না বোবকোলা মণিপুবী খুলদা লৈবা শ্রীউমানন্দ শর্ম্মাগীদা ঐখোয যৌশিল্লে।

উমানন্দ শর্ম্মাগী মমাইরেম্মা ইমা থৌবানী অমসুং মমৌ ইবেম্মদুনা

মণিপুরদগী লাকপা ঐখোযবু যাম্না লুনা নুংশিনা তৌবীখি। ঐখোযগীদমক মৈ যাইনবা, ইকজনবা অশাবা ঈশিং ফংহন্নবা শীনবিখি। নুমিৎ ৫ নিদু ঐখোয়বু য়ুমদা লৈবগুম ফাওহনবীবকই। য়ুমজাওগী কাশিংদা ঐখোয নুপীশিং লৈ। মাণ্ডব মন্দিব চাওনা লৈ, লাৎলিবনা জগবন্ধুনি। লাইগী সেবাগী ঐজ্যা পুজাবী সেবাবী অমা অযুক, নুমিদাংব্রাই লাক্নুনা লাইগী সেবা তৌবে।



বাসেশ্ববী পালানা শিনবা কলচবেল উৎসবতা শকক যাবিবী সিবসাগবগী মৈতৈ নুপীশিং

বথ যাত্রা মতমদা কাং চিংই হায। মাণ্ডব মচিদা কাংদু লৈ। সন্ধ্যাদা লাই গৌবী শক্তুনা ঐখোয পুস্পা নুংঙাইজবে। সন্ধ্যাবাতিগী পুং ঝাল মখোল ঈশৈ তাবদা লৈকাইগী নুপীশিং লাকই। মখোযগা উন্নদুনা বাবী বাতাই কয়া শান্নবে - শিবসাগবগী, মণিপুবগী, ঐখোযনা লাকপগী মবমনচিংবদা। ঐখোযগা উন্নবকখিবা নুপীশিং ঐনা নীংশিংবা খবদি শ্রীমতি টি ঐচ তেম্বী দেবী, নিংথেমচা ওংবী প্রভা দেবী, এল তাইগ্যাশিনী দেবী,এল সকুন্তলা, এ প্রোমিলা শর্ম্ম, পুখ্রম্বম নযনী দেবী, এস উর্মিলা, এ কবিতা,

এল সখি, শি ঐচ সুসিলা, এ বঙ্গা দেবী, রাজকুমারী দিপিকা, টিঐচ নীলু, সিঐচ সনাতোম্বী দেবী নচিংবনি। মখোয়গা লোয়ননা শিবসাগরদা লৈবা বিষ্ণুদোলদা পাঙথোকপা মণিপুরী কলচরেল উৎসব অদুদা শরুক য়ামিন্নখি। মণিপুরগা আসামগা লৈনবা কলচরগী মরী হায়রসিদা সিমপোসিয়ম পাঙথোকই। মণিপুরদগী চৎপা রাসেশ্বর পালা সংকীর্ত্তন শকই। মফমদুদা লৈবা নুপী মণ্ডা মৈহৌরম ইবেযাইমা, অখাম সুবদনি, ইবেতোম্বী দেবী, অমুবৈমা দেবী, চাউবী দেবীনা সংকীর্ত্তন অমসু শক্লুনা উৎসব অদু য়াম্না মপুং ফানা পাঙথোকই।

খোঙচৎ অদুগী মতৃে যানবা অমদি কলা সংস্কৃতিগী মতেংনা মণিপুর অমসুং শিবসাগরদা লৈরিবা মীশিংগা নুংশি চান্নবগী মরী চেৎশিনহনবা অদুনি অদুগা লোযননা পাক্লবা শিবসাগর ঈপাক্তু উজবা অমসুং ভগবান শিববু খুকমজবা ফংবা অদুনি। খোঙচৎ অদদা শিবসাগরগী তোঙান তোঙানবা মফমদ' লৈরিবা কোনুং অমনবা অমসুং মোনুমেন্ট কয়াসু উবা ফংলকই। মণিপুরগী নিংথৌমচা নুপী তেখাও নিংথৌগী মহাবানী ওইখিবী কুরঙ্গনযনীনা লৈরম্বা শঙ্কাইদসু উবা ফংলকই।

ঙাস 'শিবসাগরদা লৈরিবা মণিপুরীশিং অসি কুরঙ্গ নযনীগা লোযননা মণিপুরদগী চৎখিবাশিং অদুগী চাদ' নাওদা ঙাক্লি, খরনা তেখাও ওনখ্রে। অদুবু ঙসি ফাওবদা মণিপুরগী কলচর ঙাক্লুনা মণিপুরী ওইনা ঙসিসু মীওই খরদি হিংলি মকওইনা হাইচবা মণিপুরী খুল, সিংহদ্বার মণিপুরী খুল অমসুং বোরকোল মণিপুরী খুলদা। মখোযশিংদু ঐখোযগী নুংশিখ্রবা ইচিন ইনাও, মরী-মতা ঙাক্লি। মতমগী মতুংইন্না ইকাও কাওনখিবনি। মসিগী মরী অসি চেৎশিনহন্নবগীদমক্তসু্নি, রাসেশ্বরী পালা মকপ্না শিবসাগরদা চৎলুরসি।

শিবসাগরগী রংপুরদা ভাগ্যচন্দ্রনা শামু ফাখি হায়নৈ। শ্রীগোবিন্দনা মণিপুরগী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী মঙলান্দা ফাওবিদুনা মণিপুরদা শ্রীগোবিন্দনা শাফোংখিবা, জগোই রাস শ্রীগোবিন্দদা কৎপা, শ্রীগোবিন্দনা যাযদা



কলচবেল উসবতা শকুট্টক যাবিবা শিব সাগবদা লৈবা মৈতৈ মচা খবা

লৈবগা মণিপুরগী কলা কৃষ্টি শেমগৎলকপ, রাজর্ষিগ মচাইরেম্মা শিজলাইরোইরবনা রাসেশ্বরী পালা 'লংখৎপা কয়া অসি নাংশিংদ্রদনা রাসেশ্বরী পালাগী মেম্বরশিংনা শিবসাগরদা খোঙচৎ অদু চৎলৱা। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা তেখাও নিংথৌ রাজেশ্বরগা মরুওং 'মণিপুরদগী অরা চংলুক্লকপ ঙমখি। তৌবিমল উজুনা রাজর্ষিন মযাম্বু ইনুংঙ্ঙা লৈরম্বামনা পোকচরক শিজ ফোংদ লোকপাবু তেখাও নিংথৌদ থাজর্বা। 'শজগা চেজ্রবা শ্রীজ্র মীতাদু উবদা তেখাওনা মহাকপু কুরঙ্গনয়নী মাংথোকনবানি। অসামগী ইতিহাসতা কুরঙ্গনয়নীগী মফম চাওনা কন্দনা লৈ। মহাক্কী মঙাইনা মরিংজেলন মযা মরিয়া লালহৌরশিংব নমথদুনা তেখাওগী সিংহাসনা কনখিবনি। অসিনি মৈতৈ চনুগা মথৌনা মরৌশিং।

অহোমশিংনা মাবু নীংশিংদুনা মোগলু জয়েকব পুখরী তৌদুনা থমই। মণিপুরী নিংথৌ মচা নুপীগী নীংশিং পুখরী শিবসাগরগা জয়সাগরদা লৈরে। শিবসাগরদা ঐখোযনা কলচবগী থৌরম অদু শিল্লুবা অদুনা মফমদুদা

লৈবিবা মৈতৈ মচাশিংগা উন্নদুনা ৱাবী ৱাতাই শান্নবকপগী তাঞ্জা ফংলকখি। মদুদগী খণ্ডর্বাদি মফম অদুদা মণিপুরীশিংনা মাইনোবিটি ওইবনা খুদোংচাদবা কযা মাযোক্লে। হিংবগী লাল শোক্লবদা খুদোংচাদবা কযা থেংনবদগী মৈতৈ কযা তেখাও ওনখ্রে। শিবসাগবগী মফম কযাদা চোইনা চোইনা তাবিবা মৈতৈশিং খাবগা হৌজিক লৈবিবসি মীশিং লাখ অমবোমদনি। মীশিং যামদবনা বাজনীতিগী মতাংদা ভোট কাদুনা শক্তি পাযবসু ওইথোক্তে। কম্পিটিসন যাম্না কনখৎলকপনা মণিপুরী মচাশিংনা থবক ফংবসু ৱানা থোকই। মণিপুরীশিংদুগী শিনফমদি মক ওইনা লৌউ শিংউবগী থবক ফিবোল তুবা খোৎপা, যুম কৈ শাবা, দুকান মচা মচা ফম্বা অসিনচিংবনি। লাইবিক হৈবগা চাং লিটবেসিগী চাংসি ৬০% গুম্না ওইবা যাই। এম, এ, পাস তৌদুনা কলেজগী লেকচবব ওইবা মী ৪দি লৈবে। অদুগী মনুংদা নুপী অনী যাওই। মখোযদুস্ অথাপ্পা মফমদনি। বি, এ, পাস তৌবা স্কুলগী ওজা ওইবা নুপী ২/৩ লৈবে। পুলিস দিপার্টমেন্টতা থবক তৌবিবা প্রতিমাস্ ঐখোযগা তোযনা উনদুনা বাবী শান্নে।

মণিপুরী নুপীশিংদা ফিশা লোনশাদা যাম্না হৈজ শিংজবনি। অদুবু শিবসাগবদা লৈবিবা মণিপবদগী কুলঙ্গনযনাগা লোযননা চংখিবা মীশিংগী মচা মশু ওইবা নপীশিংদদি ফিশা লোনশাদি তৌদ্রে। চেংপাক শুবনা মক ওইবা শিনফম ওইনা চংখ্রবে হায। অদুম ওইনমক মখোযদা মীনুংশি লৈবা, ঈন খঙবা অাতাথ সেবাদা পুক্লুং চঙবা গুণ অদুদি অদুম লৈবি।

ঐখোযনা শিবসাগবদা কলচবগী উৎসব অমা পাঙথোক্লবা মণিপুবদগী চৎলুবা অদুদা শিবসাগবগী মফম কযাদা লৈবিবা মোনুমেন্টশিং থবসু যেংবগী খুদোংচাবা ফংলকখি। শিবসাগবদা লৈবিবা মোনুমেন্টশিং অদু ভাবত সবকাবগী আর্কিওলোজিকেল 'বিভাগনা' ঙাকশেন্দুনা থমই। মোনুমেন্টশিংগা অকোযবদা লৈকোল শেমগৎতুনা, ঈশিং চাইবী কাপখৎতুনা লমকোযবা লাকপশিংগা পুক্লিং চিংশিনবা টুবিষ্ট সেন্টব অমমম ওইনা শেমগৎতুনা থমই।

ঐখোযনা অহানবদা যেংবা চৎলুবদু চেবাইদও হাযবা মফমদুনি। মদু অহোম নিংথৌশিংগী অহানবা কোনুং ওইবম্নিনি। তুংদনা মদু

নিংথৌশিংগী মোংফম ওইহৌবনি। ঐখোযগী কংলাগুম্বনি। অদুবু কংলাগা চেবাইদিওগদি খেন্নে। অহোমগীদি শিবগা ফুম্বগী চৎনবী লৈ। অহোম নিংথৌশিংনা শিবগা ফুম্বগী মতাংদা যাম্না ইন্টবেষ্টিং ওইবা বাবী খবা তাবা ফংলকই। ব্রাবীদু তাবদা ইজিপ্তকী পীবামিদ নীংশিংহল্লি। ইতিহাসকী লমাযদগী খঙবদি ইজিপ্তকী নিংথৌ ফেবাওশিংনা শিবগা ফুম্নবা ফুবা শাদুনা থমনৈ। মদুদা অশিবা পুবা কাই অদু পুবা মীশিং, মনাই মশলনা সনা লুপা লম্থুম কযাগা লোযননা চঙবা হেক লোইবদা থোঙ অদু মপান্দগী শৎ থিংজিন্দুনা পীবামিদ অদু মেনশিন্দুনা শৃৎ নালহল্লি। চঙখিবা মীশিংদু অশিবা নিংথৌদুগা লোযননা হিংনা ফুমখি হাযনৈ।

অসিগা মান্নবা মওংদা চেবাইদিওদা লৈবা অহোম নিংথৌগী মোংফমদসু তৌই হায। খঙজিনবদা নুংঙাইবিবদি নিংথৌ অদুগী কাই পুদুনা প্রোসেসন লাকপদা কনাগুম্বা মবাল লৈববা দণ্ড ফংলগদবা মী অমনা চেম্থোবক্তুনা বিচাব তৌবীবম্মু হাযজবা যাওই। মদুদা মহাক্কী মবালদু কোর্কপিবগী চৎনবী লৈ হাযর্বসিনি। নিংথৌগা লোযননা মনাই মশলদু হাম্না শাদুনা থম্লবা ফুবা মনুংদা চঙশিল্লি। মদুগ মপান্দগী থোঙ লোনশিন্দুনা ফর্মজিল্লি।

চেবাইদিও যেংবা চৎলুবা নুমিৎতু খৃ. ২০০৩ গী চহী হৌবা নুমিৎনি। মী যাম্না মফমদুদা পীক্নীক লাকই। চিৎন চাইনবা ঙমদে। বস ৩০/৪০ গী মথক্তা থাদুনা লৈ। চেবাইদিও হর্যবিবা মফমদু শেবকোলা মৈতৈ খুলদগী কিলোমিটব ১০ লাপ্না চীংদেং মচা অমদা লৈ। মোংফমগী ফুবা অদুগী শক্তমতমক উহল্লগা অতৈদি লৈবাক থোনজিন্দুনা অচৌবা লৈপুং অমা ওইনা লৈবে। লৈপুং অমগা অমগা থাপ্লনা তোঙান তোঙানবা চাংদোংদুগী মফমাশংদা লৈ। অমদগী অমা যৌননবা শিডি শেমদুনা থমই। যেংবা লাকপা মীশিংনা পবেং-পবেং মবী মবী কাখৎপা কুমথবা তৌবদু যেংবদা ওম্ভোক্লা ফজে। ঐখোযগীদা বাকুনী চীং কাবা, চৈবাও চীং কাবগা পাংখক্লি। তৌবগীদি মণিপুবগী চৈবাওচীং, বাকুনী চীংনচিংবসি চেবাইদিওগীগুম্না

ফজনা শেমগৎপদি নত্তে। শিবসাগবদা লৈবিবা অহোম নিংথৌশিংগী মোংফম অদুদি যাম্না ফজনা শেমগৎতুনা ঙাকশেন্দুনা থমলি। তেক্লককপা কাযবকপা কযা ঙাকশেন্দুনা থম্নবগীদমক মফমদু যেংবা লাকপা মীশিংদগী পৈশা লৌই। বস থাবগী লুপা ৫০/- মনুংদা যেংবা চঙবগী মী অমদা লুপা অনী অনী।

ঐখোযনা চেবাইদিওগী চীংদোল মথক্তা কাদুনা মথং মথং যেংই। লৈকোল মব ক্লদা ঙহাক ফমদুনা পোত্থায। অকোযবগী ফজবদুদা শুমহৎতুনা ঙহাক লৈ। নিযু ইযাবগী পাক্লীক লার্কলিবশিংদুনা ঈশৈ শক্লিবা, অচা অথক থোং থাক্লিবা হবাও তযাম ফোংদোক্লিবা, পোৎচৈ যোল্লিবশিংদু যেংলগা মফমদুদগী হল্লকই। অদুক যাম্না তিনবা মীশিংদুগী মবক্তা সিফাই, পুলিসর্নাচিংবদি অমত্তা উবক্তে। ঐখোযনা চেবাইদিওদগী হল্লকপদা লম্বীদা বুধবাব বজাব হাযবা হাপ্তা কৈথেলদু কাবকই।

লংফৈ চৎপদা কৈথেল কাবকপা হাযবসি পুম্নমক্কা পাম্নে। মদুদগী লৈবকপা পোৎচৈ খবদং ইচা ইশু, মকুপ মপিজাদা পীবসি নুংঙাইবা অমনি। বাজাব অদগী মনাক্তা ঈচেল তপ্লবা দিখৌ তুবেলনা থেক্লা খোযনা মোং হৌদনা চেল্লি। শংবাগ্নবা মাগী ঈশিংবু মপান্দা তাবিবা খুঞ্জাশিংনা শীজিন্নে। তুবেল অদগী তোব বান্দিনি মৈতৈগী খুল হাইচবা খুল লৈবিবদুসু। ব্রাগী ফম্নাক মচা মচা শন্দুনা মদুদা পোৎচৈ যোল্লি। কবোক মুবী, চেঙপাক, ক্লা মনা, হিদাক মনা, চাম্না, মেত্রুকনাচিংবানা মকওইর্বনি। কমলা কিলোদা লুপা ১২, আলু কিলোদা লুপা ৩দা ফংই। মতমদুদা মণিপুবদা কমলা কিলোদা লুপা ৩০, আলু কিলোদা লুপা ৮নি খ্বাইবস্মন্দ কৈথেন্দা। হাপ্তাগী অমুক্তং কাবা বুধবাব বাজাবদুদা শিবসাগবগী খুঙ্গংশিংদগী, যোবহাটতগী যাওনা মী কযানা পোং যোনবা লাকই হাযনা ঐখোযবু লমজিংলিবী কুমাবী প্রমিলা শর্ম্মানা ঐখোযদা হায।

প্রমিলা শর্ম্মা, ঐখোযনা থুংদুনা লৈকুবা বোবকোলা মৈতৈ খুলগী অবিবম উমানন্দ শর্ম্মাগী মচল নুপীনি। মহাক বি এ নি, এল পি স্কুল অমগী

ওজা ওইরি। মহাক্না তাকপিদুনা ঐখোয়না তেনখ্রবা মতমদা শিবসাগবগী মবমদা খবদং খণ্ডজিনবা ঙল্লকখি। উমানন্দ শর্ম্মানা বোরকোলাদা লৈবা গরগাউন কোলেজগী হিসত্রীগী হেদ ওফ দিপার্টমেন্ট ওইবি। মহাক্কী কোলেজ অদুদনি মণিপুবী কলচবেল উৎসবকী শরুক অমা ওইনা "ইন্টব ষ্টেট কলচবেল লিঙ্ক বিটুইন মণিপুব এন্দ আসাম" হায়বা হীবমদা সিমপোসিযম ঐখোযনা শিন্দুনা পাংথোক্লমবদু কোলেজদুগী ওজাশিং ছাত্র ছাত্রীশিংগা লোয়ননা।

শিবসাগবগী তোঙান-তোঙানবা মফমশিংদা থাযনগী অহোমগী নিংথৌশিংগী কোনুং অমনবশিংসু লৈবি। নিংথৌশিংদুনসু মফম কযাদা কোনুং শেমগৎলম্বগী খুদম লৈবি। অহোমগী নিংথৌশিংনা কোনুং ওইবম্বা মফমশিংদি চেবাইদিও, সবগোবা, গোবগাঁও, বোবকোলা, বংপুব যোডহাটনি। মফমশিং অদুদা নিংথৌনা লৈবম্বা কোনুং অমনবশিং লৈবি। পনবা যাবদি কাংবেংঘব, বংঘব, তলাতল ঘব, জযদল নাচিংর্না। তেনখ্রবা মতমদুদা পূম্নমক যেংবগী খুদোংচাবদি লৈবক্কে। শিবসাগবদা লৈববা নুপীশিংনা চাক্লেন অমা শিন্দুনা খৃ: ২০০৩গী চহী তৌবা নুমিৎ ঐখোয পুন্না চামিন থকমিন্নবগা নুংশিনা বিদায তৌনবকই। ❋

# কৌব্রু লাইখা মহাদেব দর্শন

কৈশাম্পাৎ জঙ্কশনদগী অযুক পুং ৭ তাবদা বসনা খোঙুশাল্লি। শঙাকফম বাজার, মন্ত্রী পুখ্রী লাম্লোকই। মন্ত্রী পুখ্রীসি অন্তশ্যাই মন্ত্রীনা তৌরম্বান। মন্ত্রী মযম শাগেগা মচা মশশিংনা চহী খুদিংগী ওইনা পোইনুগী হনি পানবদা পুখ্রীদদা পূজা কৎলি। শ্রীবিজয় গোবিন্দ মন্দিরদা লৈরিবা ইবুধৌ অন্তশ্যাইগী ধাতুগী মূর্ত্তিদ মফমদনা লেংলকই। পুখ্রীদা স্নান তৌরগা পুখ্রী মপান্দা লেংখশিল্লি। শাগেগা মৌ, নিংথৌলগী সংকীর্ত্তন পালা শকই নুমিৎতুদা। ইমাগী অকোয়বদা যম, দকান যাম্না শাজিল্লকুনা মফমদু যাম্না চিল্লে। মদুগী মোৎস যাম্না মোৎশিল্লে। পুখ্রীদগী যজবা চংলেম্বা শক্তমদু কাযবে। মন্ত্রী পুখ্রী অসিগী ইতিহাসকা শাগোল্লবরা যাম্না মরু ওইখ্রব মফমনি। ইবেগী ভুলেন্দ্রকেল থঙাগানা ভাক শেন্দুনা থমফম থোকপনি।

খোঙহাম্পাৎ চাঙ্গোল হাইদিল্লকপদা নাংশিংলকই ঐগী খোঙহাম্পাৎ ইমাগী নাক্তা। মহাক লৈরবাংঙ ঐনা অতাং ওইরিবিংদা ঐহাক মাগী নাক্তা লাকখ। খোঙহাম্পাৎ যেল্লা হযনা হংনব। হঙ্গামগী মপালনা তুবেলগী তোরবাল শাং থুংনা নুংশিংকী শইমদা হাইনা হুম্না তবাম্না ওক্লম্বা দৃশ্যদু নাংশিংলকই। অদুর ভুসিদ অদুগুম্না যজবদ উবা ফংদ্রে। ভুবেল খোঙবান্দু ইনাং নাংখাযবে। মনা কুদা সবকানগী বিল্ডিং কথা শাজিল্লে। খোঙহাম্পাৎ চাঙ্গোলদগী কৈ কমথবকুনা লম্বীদা থৎতুনা লৈবম্বদ কৈথেল কৃষ্ণকপদা হেক হেক থেংনৈ হায়না ইমাবোকনা বাবী লীরিবম্মী। ভুসিদি শান্তি ভাক্লবা লৈবা সিফার্শিংনা চাংমাযদা লৈফম শেমদুনা লৈশিনখ্রে।

উ-ব্রা যাম্ভৎখ্রে, কৈসু লৈত্রে। চাওখৎলকপগী খূদমনি। প্রকৃতিগা খূৎশেমগা মূক্লবকপগী মহযনি।

বসনা লেপ্তুনা চেল্লি। সেকমাই লাম্থোক্তুনা কংলাতোংবী যৌশিল্লক্লে। মফমদুদা লৈবা মমা-মপা লৈজদ্রবা অঙাংশিংগী লৈফম ঃ চিলদ্রেন হোমদুদা যেংশিল্লুই। মাঙ্গোলদুদা অঙাং অমদি নুংশা যাইদুনা লৈহৌবা উবকই। ঐহাক মফম অসিদা কযাবক লাকখ্রবনি। অঙাংশিংবু লুনা-চান্না তৌবীবস্বা অঙাংগী লৈফম অসিবু শেমগৎ শাগৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌবীবস্মী ইচে অকিম অনালবু নীংশিংলকই। ইহান হান্না মফম অসিদা লাকখিবদু ঐনা তম্ফাসনা গার্লস স্কুলদা তম্লিঙৈদনি, সোসিযেল সার্বিস কেম্প তৌবদা শরুক যাবদনি। বসতা তোংদুনা লাকপদা ঐখোয মহেবোযশিংবু ওজানা বস মনুংদুদা 'বঘুপতি বাঘব বাজা বাম পতিদপাবনাসিতাবাম....' শকর্হাল্লি। অঙাং মযামদুগা উনৈ। মফমদুদা ঐখোযনা লৈবাক তৌবগা ইথ্লাং, লৈ পাম্মী খবা থাবমখি। ঙর্সিদি অকিম অনালসু লৈত্রে। অঙাংশিং যাম্না লৈবা উদ্রে। লৈফম অদুসু যাম্না মোংলে। ইশেম শের্মজিনদ্রমাল্লে।



কৌব্রু লাইখা মহাদেবগী মন্দিব

বসনা মথং মথং যৌবে, মোতবুং, সপবমৈনা অদুদগীদি লম্বীদু থেক-খোয হৌবে। চীঙ্গোলনিদনা। মণিপুব সনা লৈবাক, চীংনা কোযনা পনশাবা হাযনা শৈথানবিবনিদনা। বসনা খৈবোইথেক অমদগী অমবোমদা লৈথোবকপদা চীংমাযদা পাকতক্লা শাৎলিবা হঙ্গাম মপাল মচুগী লৈশিংদু তবং তবংবা অযূক্কী মঙালদুনা যৈবদুদি থোইদোক্লা পুক্লীং শুমহৎলে। লৈশিং অদু কৌব্রু লাইখা মহাদেবগী মন্দিবদুগী বাংমা চীংচেপতা অসুম অসুম শন্দোক্লা লৈখ্রি। চীংমীশিংনদি লৈদুবু 'নেহৈপা' হাযনা মিঙ্গৌই। 'নে' হাযবদি নুমিৎ 'হেপা' ওন্দুনা শাৎপা নুমিৎলৈনি।

মহাদেবগী মন্দিব যৌবে। মযামদু বসন্তগী কূমথৈ। মবাঙ মবাঙ তৌই। পুবকপা হৈ লৈ মহাদেবদা কৎনৈ। চৎলিবা ঐখোয কইমেন ফোবম ফোব কলচবেল ফাউন্দেসন, মনিপুবগী মেম্ববশিংনি। লাক্লিবশিংনা সংকীর্ত্তন শকই। আবতি কৎলি। প্রসাদ খৃল্লি। মযামদু পৃমপেন পৈন্নে।

কৌব্রু লাইখা মহাদেবনা মফমদূদা ঙাম্লোইবক্লিবদু খৃঃ ১৯২৭ তগীনি। অচৎ অওক কযাবু মঙ্গল পীবিদুনা লাক্লি। শিবলিঙ্গসি মফম অসিদা



নেহৈপাগী নাক্তা অইবী অমসুং মপাংশিং

কবম্না লাংখিবনো হাযবসিগী মতাঙদ ঐগী পাবুংহল ˇচোংথাম গোকুলচন্দ্র সিংহনা ব্রাবী লীবিবব্মী। লাল মমাঙদা পাবুংহলদি ঠিকাদাব ওইদুনা দিমাপুব লম্বী শেম্বদা অচৌবা থৌদাং লৌবম্বনি। কৌব্রু লাইখা মহাদেবনা লৈবিবা মফমসিদা খোলা শেমদুনা মহাক মতম কুইনা থবক তৌবম্বনি। মহাক্কী মমঙদা তাকপিবম্বা মতুংইন্না কৌব্রু চীংথক্তগী শিবলিঙ্গ অসি পুখ্রবক্তুনা মফমদুদা লাংপা হৌখিবনি। মফমদুদা মন্দিব শাদুনা লৈখিদ্রবা ঐগ্গ্যা লাইমযুম গোপাল শর্ম্মদা সেবা চংপগী থৌদাং শিন্নদুনা লৈমিন্নবকখিবনি। পাবুংহলগী নাক্তা



কৌব্রু লাইখা শিবলিঙ্গদা শঙ্গোম হৈথবি

লৈদুনা মযামগী পীজ পীথক সেবাদা থৌদাং লৌজবা ঐগী ইমাবোক্রা অসুম্নসু লীবি "নঙগী তামো বীবেনদু (মযাম্না পাইলোং বীবেন হাযনা খঙনবা মণিপুবগী অহানবা স্কাদ্রোন লীদব ওইখিবা) কৌব্রু লাইখা মহাদেবদা নিজবদগী ফংজখিবনি। পুক্লিং লুপ্না মহাদেব অসিদা বব নিজবদা শোযদনা ফংবনি।"

ঙসিদি হান্নগী মন্দিব অদু লৈত্রে। হাননা সেবা চংলম্বা, শিবলিঙ্গ মফমদুদা লাংপা হৌখিবা মীদুসু লৈখিদ্রে। অদুগা লোযন লোযননা

হৌরকফমগী ৰাবীদুসু কাউনখিবগুম তৌরে। চেক্লা শাবা নীংথিবা মন্দির অমদা মহাদেব লেঙশিল্লে। অনৌবা মন্দিরদু শোক ১৯৯৬ তা মহাবীর প্রসাদ বনসালনা মাগী লৈখিদ্রবী নুপী চম্পা দেবীগী মিংদা কৎপনি হায়না ইদুনা লৈবা থেংনৈ।

ভগবান বিষ্ণুগী মুর্ত্তি অমসু মফমদুদা লৈরে। মুর্ত্তিদু মহারাজ বুধচন্দ্রনা নিরুপন তৌদুনা লাৎপা হৌখির্বনি হায়না লাইমযুম গোপাল শর্ম্মগী মচানুপী শ্রীমতী অধিকাবিময়ুম ওংবী পদ্মাবতীনা হায। মপাবুংনা ময়ানুপাদা লাইগী সেবা শিল্লবম্বনি। মপুরোইবা লৈখিদ্রবা মতুংদা মচানুপাগা লোয়ননা হৌজিক পদ্মাবতীনা লাইগী সেবা চৎলি।

কৌব্রু লাইখা মহাদেবগী মফম অসিদা হৌজিক্কী মণিপুর কৱারিযা সেবা



কৌব্রু চীংদগী চেহ্‌বক্লিবা শিব মন্দিববু চামথোক্লিবা ঈশিং ঈচেল

সর্মিত্তিনা ধর্মশালা অমা শাদুনা লৈবে। খৃঃ১৯৯০ দগী চহী খুদিংগী

ওইনা বোলবম হাযনা খঙনবা পুজাগী থৌবম অমা পাঙথোকই। কব্রাবিযা সেবা সমিতিসি মাবব্রাবী, পঞ্জাবী, মণিপুবী বেঙ্গলী শিখকী মীওইশিংনা পূনশিন্দুনা শেম্বনি। বোলবম পুজাদা মী লীশীং কযানা কবাবিযা ফীজোল শেৎতুনা, বোল বম  বম লাউদুনা, সংকীর্ত্তন শক্তুনা কৌব্রু লাইখাগী মহাদেব নাক্তগী অশেংবা ঈশিং পুবদুনা সেনাপতিদা লৈবিবা পশুপতি মহাদেবদা হৈবা চৎলি। তিল্লবিবা মীযাম্বু সেবা সমিতিনা সাদবর্ত্ত খাঙাঙ, প্রসাদি ফংহল্লি। মসিদা সাইকুল, ইবং, লৈমখোঙ, কংলাতোংবী, মাও, মবাম, সেনাপাত, ইম্ফালদগী প্রজা মীযাম্মা শরুক যাই। অঙকর্পনি, ভগবানগী লীলা' হৌজিক মতমগী চবাঙনববা, লৈতাদ্রব' সমাজ অসিদা কৌব্রু লাইখা মহাদেবনা কা'ঙলুপ কযাগী মীওইশিংবু কৌদুনা নুংশি চান্নহনবগা খুদোংচাবা অমা ফংহনাবিবসিদা' ঐখোযসু শরুক যারুবগা হল্লকই।



কৌব্রু লাইখা মহাদেবদা নূপীশিংনা সংকীর্ত্তন কৎলি

# চীঙ্গোয় বারুনী মহাদেব খুরুম্বা

চিঙ্গোয বাৰুনী মহাদেব খুৰুম্বা ইংশক ১৯৫০তা ঐনা ক্লাস সিক্স তম্বা মতমদা চৎলুই। তা উদ্ধবনা পুবীদুনা চৎপনি। তা উদ্ধবতি মখাথংগী ইচে নাগেশ্বৰগী নুপানি। মহাক মবুক ফবা, বা কযা ঙাংদবা, লৈকাইগী অহলশিংনা যাবা মীশকনি। বাৰুনী কাম্মিন্নবা ঐগী ইমান্নবীশিংদি খনাপতি, সনাহনবী, জগ্ধোনি। ঐগী ইপ্পা অনী বিজয, বসন্তসু যাওই। ঐখোযনা বাৰুনা কাবদা তাদ উদ্ধবনা পুবীগে যাবে পাবুংদা হাযবদা যাবকথিবা অদুদগী পংহাদ হবা ওদুনা লৈখ্রৰনি।

ঙাদগী ৎুং ইন্দ্ৰনা পংচৎতা চৎলি। মফম মবাং খংদে। তিংখং তুম্বৌ চৰোং মব ঙা অহংচুপ্পা ঐখোযনা চৎলি, মীনা পুমনিল নিল্লি। পবেং পবেং চৎলি। নাকন অমৰোমগাস্ অদুম লাকই খুত্তা মৈবা পাইদুনা। অমম্বৰু 'শংনদুন' মীযামদ চৎলিৰনি নোংমাইজিং চীং মযামনা বাৰুনী চীং হাযনা খঙনব চীংস কাল্লাবিৰনি অত্থাং অহল, লৈশাবী পাখং যাওনা। বাৰুনী নোংমা বাৎলিংউ নুমিদাংদনি মযাম্মা বাৰুনী কান্নবসি। নুমিদাংদা মীনা বাৰুনী চীংবু অৎণাপ্লদগা উৰদাদ মৈবা পবেংনি, মাদি উবা নত্তে। মদুগী ফজবদু হৌজিক্তি উবা ফংনদ্রে মবমদ মীশংনা মোবেগা টৈর্চ লাইট অপীকপা অমমম পাযদুনা চৎনবে।

যাম্মা শাংনা খোঙনা চৎলগা চাঙ্গোই যৌৰে। চাঙ্গোইদা ইৰুপ্পদ পাপ কোকই মহয ফংই থাজনদুনা অহংদুদা অইংবদুদা ঈশিংদুদা ইৰুজনৈ। অকোযবদু অদুম মোংলি। মৈস্ হাপলেম্প অমত্তনি থাল্লিবদু। চৎলিবা খোযদি পৈশা কংতুনা খুৰুম্লগা মথা চৈথে। লক্ষ্মীদুদা অদুম চৎলি। নোং

ঙাল্লি ঙাল্লি তৌবদা নোংমাইজিং চীংদা ঙাম্থোইবিবা ভগবান শিবগী নাক্তা যৌবে। মীনা কৃক কৃক ইন্নে। সেবাবীশিংনা পৌ নমই। অচৌবা ব্রা অমা ফৈনা থমদুনা থৎলি। অমুক অমুক হাযগৎতুনা মী খব খব অমুক থাজিল্লি।

অহিং তুমদবগী কোক ঙাওবি ঙাওবি তৌবনে, লমশাং চৎপগী, অরাংবা চীং কাবকপগী চোকথবনে ভাব মেন তাদে। ঐখোযগী পালি যৌবদুনা লাইমাং যৌবে। পৈশা কৎলগা জয হাযনা খুকম্লগা থোবকই। অদুদগী সবস্বতি কুণ্ড তম্না অমুক চৎলে। কুণ্ডদা পৈশা অচোযবা পৈশা থাদনৈ। ঐখোযসু পৈশা থাদৈ। কুণ্ড শেন্নবিবশিংনা লৈখাদা জালি অমা খন্দুনা থম্বদি উবকই। শুকং অমা লৈ হায। মপাদি যৌবে কবিমতাদি উবক্তে। অদুদগীদি খলোং যৌনবা চীংথক্তা অমুক কাখৎলে। খলোং যৌবে। খলোংদা খাবৈ যুংদুনা লৈ হায ঐখোযদি উবক্তে।

চীংথক যৌববদা নুংশা কন্না শাগৎলকলে। চোকথবনাস মহা ওইবে। চীংখাবোমদা কুমথবক্লে। চীংখোঙদা পোৎফম ফম্বা মযাম অমন চা, পোবা, হৈঙাল, হৈ মহি যোল্লি। মফমদদা ঙহাক পোল্হাবে। অচাপোৎ লৈদুনা চাবগা ঐখোয যুমদা হল্লকখি।

চহী ৫৯গী তুংদা ইংশক ২০০৯গী এাপ্রল ৬তা ঐহাক অমুক হন্না চীঙ্গোয বাকনী খুকম্বা চৎলি, মনিপুব স্টেট কমিশন ফোব বুইমেনগী টিম অমা লোযনদুনা। চৎলিবগী পান্দমদি কমিসনদা শিন্নবা থৌদাংগী মনুংচনবা এদুকেসনেল অমদি এনভাইবোনমেন্ট ষ্টাডিগী প্রোগ্রাম অমগীদমকনি। নোংমাইজিং চীংগী মশাইগোন্দা লৈবিবা খুঙ্গাশিং মকুওইনা নুপীশিংগী ফিভম যেংশিন্নবগীদমক্তসুনি।

হন্দক্কী খোঙচৎ অসির্দদি চীঙ্গোই বাকনী খুকমজবা ফংবতা নত্তনা নোংমাইজিং চীংনা মশাইগোন্দা লোৎতুনা থম্লিবা সনা পুক্কৈসু উহনবীবকখি মমাংঙৈদা বাকনী চীং কাবদি খোঙনা নুমিদাংদা চৎপনি

হন্দক্কী খোঙচৎতি হৱাগাড়ীনা অযুক্তা চৎলি। মবমদি হৌজিক চীংদোল ফাওবা গাড়ী থৌগৎপা যাবা লম্বী শেমদুনা লৈবে। খুবাই কোংপাল লম্বীদগী গাডীনা চৎলগা চীংখোঙ য়ৌবে।

চীংখোঙ অদুদা মী খব তাই। লৈকাই অমা লৈ। মদুবু গৌবনগব হায়না খঙনৈ। কোনুং লৈকাই হায়নসু কৌনৈ। মহাৰাজ বুধচন্দ্ৰনা শেমগৎলম্বা, মহাকনা লৈবম্বা অমসুং মফম অসিদা অৱোইবা যাহিপ তানখিবা মফমনি। বাকনী মহাদেবগী, গৌবনগবগী মবমদা চৈথাবোল কুম্বাবদা ইবম্বা খব লৌখৎচবি। "অন্দ্রো সুবচন্দ্রগী কুম শক ১৮৭০, ৮নি ইবাইদা শ্রীযুৎ নোংমাইজিং মতোন্দা লেঙএ। অদুগা মহাদেবগী মফমদা লাইশঙ নুঙনা শিন্ডি চনবা টিন্না কুপ্পা অমগা বৈথোপ অমগা পবিক্রমা অকোযবা চীঙদগী তেমদুনা শেমলমই। ২২নি ইবাইদা চীংখোঙদা কুন্নকএ। মফম অদুদা গৌবগোবিন্দ লাই শন্দুনা লাৎখি। লাইশঙ ৱালহৌফম শাদুনা মাগুব পুখ্রি সঙ্গাইনাচংবা শাদুনা মম্মিং গৌবনগব থোল্লমদুনা বামনবু সেবা তৌহল্লি" (কুম্বাবা লা: ৬৫৫ ৫৬)।



মহাৰাজ বুধচন্দ্ৰনা নিকপন তৌদুনা লাৎলম্বা গৌবগোবিন্দ

মহাবাজ বুধচন্দ্রনা লৈঙাক শাসনগীদমক সনা কোনুংদা লৈবগসু অযাম্বা মতমদদি গৌবনগবদা লৈবমই হাযবসিসু চৈথাবোল কুম্বাবদগী খঙবা ঙমই। অসুম্না লাচন্দুনা লৈ। ককচিং লৈবেননা চৈথাবা কুম শক ১৮৭৪, ২৭নি শগোলসেন্দা শ্রীযুৎ মহাবাজনা গৌবনগবদা মাগুব হোঙএ। নুংমিদাং বাস কৎলি। থাশি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মন্দিব কৎপা গৌব নগবদা লেঙখি। অমুক তন্না লেঙখৎলকই, ১৫নি নিংথৌকাবদা শ্রীযুৎ মহাবাজনা গৌবনগবদা শ্রীশ্রীগোবিন্দদা চেক্না মন্দিব শাদুনা হোঙএ, অহিং চুপ্পা মহোহব সাই, শকই। (কুম্বাবা ৬৮০) ককচিং ব্রাইবি যাইমনা চৈথাবা কুম ১৫নি যুমশকৈশদা শ্রীযুৎ গৌবনগবদা লেঙদুনা ব্রহ্মভোজন তৌই। (কুম্বাবা লা: ৬৬৮)।



মহাবাজ বুধচন্দ্রনা গৌবনগবদা শাবম্বা মান্দিব

অসুম্না মহাবাজ বুধচন্দ্রনা শেমগৎলম্বা লাইফম কোনুং লৈকাইদা তাং ৯।৪।২০০৯ ইংগী অযুক্তা ঐখোযনা থুংলুবদু। লাই খুরুমজবে অকোযবগী ফিভম যেংশিল্লে। লাইগী পুখ্রিদা ঈশিং লৈহৌদে। নিংথৌ

শাবস্বা মন্দিবদুদি লাই লাৎত্রে নৌনা শাবা লাইশং অমদা লাই লাৎলি। হান্নগী চেক্লা শাবা মন্দিবদ্ নীংশিং খুদম ওইনদি লৈরৌবি।

মহাবাজ বুধচন্দ্রনা লাইদা কৎলম্বা গৌবগোবিন্দগী মন্দিব অকোযবগী ফিভম যেংবদদি ওন্থোক্লা ফজৈ। ইমা লৈবাক মনিপুবনা মতম্বাক্তা কোর্নাবিবিবা চীং, তুবেল, উপাল-বাপাল, অশংবা লবুক কযাদ ফজখ্রবা নীংথিখ্রবা। অসুক ফজবী, অসুক নুংশিখ্রবী নংবু মচেৎ মচেৎ শেত্তুনা চাগে হাযবকপদা নচা ঐখোযনা কবম্লা খাঙগনি। যাবোই অদুগুম্বা অমতা যাবোই। চীং তম অনাম ক্তা লৈবিবা নচা নগুশিংনা ইমা নংবু তুবুম অমা শোকপদা থবাই কংকে শেম শাদুনা লৈবি। চীং তমগী নচাশিংনা নুংশি চান্ননা লৌমঃনবা, নহাকপু ভাকশেন্না থম্বদা নুপীশিংনা অচৌবা থৌদাং লৌবা ভুমহন্নবগী পান্দমগী মখাদা মনিপুব ষ্টে কমিশননা চীংনুংদা খুন্দাবিবশিংগী অবা অনা হংবসু লাক্লিবান। কমিশনগী টিমনা খোঙচৎ অসিদা নোংমাইজিং চীংগী খল তেবাখোঙ, হৈকোল, মানা খুলগী ইচল ইনাওশিং উন্নবগী তাঞ্জা ফংলকই।

নৌবং লম হাদোকলম্বগী ঐখোযনা তেবাখোঙ খল যৌবে। খুলগী চযক মামং চংখুলুন কৌই। চহী ১০ বোম শুবে। চিফকী মনাও নুপা অপাউ নাইটেগী যুমদা খলগা নপাশিং কৌকদুনা ঐখোযগা উন্নবে। অযাম্বদি ভুন্তানা চীংদা হবক শুনা চৎনাখবমলে। মখোযগী উন্নদুনা বাবা শামিন্নবে। মখোযদগী খঙবদ খুল নদুনা যুমথোং ২৭, মীশিং ৩০০ লোম লৈ।

তেবাখোঙ খুলগা হেক নক্লনা হৈকোল খুললৈবে। অদুদগীসু নুপীশিংসু কৌকদুনা ঐখোযগা উন্নদুনা বাবী শামিন্নবে। হৈকোল খলগী চিফকী মমিং পাউভম থংদিম কৌই। মহাকসু চহী ৫০ বোম শুবে। খুল অদুদা যুমথোং ৩০, মীশিং ৩৫০ বোম লৈ হায। খুল অনিদুদা তাবিবা খুঞ্জাশিং কুকি ট্রাইবনি।

কমিশননা মখোযদা ঐখোযনা লাকপগী মবম খঙহল্লে। মখোযগী অৱাৎ অপা, অৱাবা লৈবা হংলে সবকাবদা বিকমেগু তৌনবা। মখোযনা ফোংদোবকখি ঈশিং ফংদবগী, হেলথ সেন্টব লৈতবগী, অপিকপা অঙাংগী লাইরিক তমফমশং লৈতবগী খুদোংচাদবা লৈ হায।




কমিশনগী টিমগা লোযননা তেবাখোঙ, হৈকোল খুলগী নুপীশিং।

মখা চত্থবে। চীংখাঙদা লৈবা মবাংখুলগী নুপী খুঞ্জাশিং উন্নানিংবান। অদুব্ খুলদুগী মীশিংদি মফমদু থাদোক্লুনা খুল হোংখ্রে হাযবে। কাংলুপ মশেল উংখৎনবদগী মফমদু থাদোকখিবনি হায।

মফমদদগী ঐখোয চাংথকলোমদা চত্থলে। হৈতুপ মখোঙ যৌবে। চীংমায অদুদা নুপী মযাম অমা যোপাক পাইদুনা লৈবাক তৌবা, পাম্বী থাবা থেংনবে। চীংমাযদু থন্না আলু পাম্বী থাবা হৌবে। নুপীশিংদুগা উন্নদুনা ৱাৰী শামিন্নবদগী খঙবদি-নুপীশিংদু অন্দ্রো খুন্দগী অযুক অঙনবদা খোঙনা লাক্লগা মফমদুদা থবক শুববনি। মখোযনা মফমদু যৌবদা পুং ২ চংই, মখোযনা নোংমদা খুৎশুমন লুপা ৮০ ফংই হায। মখোযনা থবক শুববিদুদা নুপাশিংসু যাওই। নুপীশিংনা থবক শুবিবা মফমদা নুপাশিংনা সেকসুযেল

হেবাসমেন্ট লৈব্রা হাযবসি কমিশননা হেক হেক থিজিল্লি। খঙনিংদুনা ঐনা হংই মখোযদা নুপাশিংনা কবেম কথাই তৌবা, তাথি তাওইনা তৌবা, মখুৎ মশা শাংবা, খুঙম শাঙম তৌবা লৈব্রা ? অদুগুম্বা অমতা লৈতে মখোযনা হায।

ট্রাইবেলশিংনা খুন্দাবা খুলশিংদা নুপানা নুপীবু থীনা তৌবা, ওৎপি নৈবীবা লৈতে হাযবসি কমিশননা খোঙচৎ অদুদা থিজিনবদগী খঙলকপসি যাম্না নুংঙাই।



কমিশনগী টিমগা হৈতুপ মখোঙদা থবক শুবিবী নুপী খবগা

লম্বী মখা চথবে। চীংদোন যৌবে। মতমগী অওনবা কনানা খঙবা ঙমগনি ? মতম অমদা লোংমাইজিং চীংদোন যৌবা যাম্না ব্রানা থোকলম্বনি। অহল অশোনবা, মখোঙ তেকপা কযানা যৌনিংলবসু ঙমদনা তোক্লুপ্রবনি। অদুবু বিজ্ঞান অমসুং টেকনোলোজি চাওখৎলকপদগী কযাদা অহোংবা লৈববা। উমং ব্রামং কোকথোক্লুনা চীংদোন যৌনা গাডী থৌগৎপা যাবা লম্বী শেমলে। মদুগী খুদোংচাবা লৌদুনা ঙসি ঐনা মফম অসিদা যৌবকপা

ফংলিবনি। কৌব্রু চীংদসু কানিংবনি। অদুবু চীংথক ফাওবা গাডী থৌগৎপা যাবা লম্বী লৈতবনা, চহী ৱাইশিল্লবা খুকউ নাববা ঐনা কবম্না মদু যৌবা ঙমগনি। লৈঙাক শাসন পুবিবা অঙম্বশিংনা লম্বী শেম্বীববদি নুংঙাইখ্রনিদা খল্লকই। নোংমাইজিং চীংথক ফাওবা গাডী থৌগৎপা যাবা লম্বী শেমগৎপদি পান্দম অমগী মখাদনি। ইম্ফালগী টুলিহল এযাবপোর্ট পাকথোক চাওথোকহন্দুনা ইন্টবনেসনেল এযাবপোর্ট ওইনা শেমগৎনবগীদমক নুমিদাংদা এবোপ্লেন তাবা যান্নবা সিগনেল টাবাব যুংনবগীদমকনি।

চীংদোল অদু যৌববদা সিগনেল টাৱাব অদুবু যেংশিল্লিবা মঙাশুবা আই আব বিগী সুবেদাব পি বিবলা সিংহ উন্নবে। নুংঙাইবিবা অমদি বিবলা সিংহসি ঐগী পাবুংনা বেঙ্গলি হাইস্কুলদা তম্বাখিবা ছাত্রনি। মতম কুইববগী তুংদা মফমদদা মাগা উন্নবদু ওস্তোক্লা নুংশিখ্রে। কমিশনগী টিমদা যাওবিবা কমিশনগী লিগেল এদভাইজব দা: নবেন্দ্রসু মাগা স্কুলদুদা তম্মানবকখিবনি। মখোয অনীসু উন্নবদা কোনশিন্দুনা নুংশিবা ফোংদোক্লখি।মহাক্না শর্বা কাতাই



সিগনেল টাৱাব তম্না চৎলিবা কমিশনগী টিম, লমজিংলিবা সুবেদাব পি. বিবলা সিংহ।



নোংমাইহিজিং চিংদোলদা য়ুংলিবা সিগনেল টাৱাব

শাগ্নবে। কমিশন্না এনভাইৰোনমেন্ট ষ্টদীগী পান্দম মখাদা মফমদু যৌবকপগী বাফম ত্তমলে। মফম অদুদা ঈশিং লৈতবগী, মৈ ফংদবগী খুদোংচাদবা লৈবদু মহাক্না ফোংদোবকপদগী খণ্ডজিল্লে। সিগনেল টাৱাব য়ুংলিবা মফমদু

ফাওবা সুবেদাব বিবলানা লুচিংদুনা কাখৎলে। চীংথক্তগী অকোযবগী ফিভমসু উবা ফংলে।

নোংমামজিং চীংদোলদগী যেংথবকপদা ইমা মণিপুবনা ফজবসিদি কবিনা চাংদম্নগনি ? মদু ফোংদোক্লবা ঐগী বাহৈ লৈজদে। নোংমাইজিং চীংনা মাগী নুংদা থুপচিন্দুনা থম্লিবা সনা পুকৈদু যোংলো হাযনা তাবু হাংদোকপিবে, কযাদা তাংখ্রবা, মমল নাইদ্রবা লনগৈনো?

চীংথক্তগী যেংথবকপদা উবি লাপতক লাপতকনা, তুম্বক তুম্বক পোত্থাবিবা চীংমচাশিং। খবনা মরু কোকই খবনা মশম শাংই। চীংদোল মথং মথং মথং শন্দোক্লুনা লৈখি। মাযকৈ অমদনা খুৎশেমনা শেমগৎলবা তম্পাক্কী শক্তম। কোবৌ মশেকনা যুমথক্তা যৈবদা থকতোবকপা মণ্ডালনা নুংথিলদা থব্রানমিচাক থোক্লুমই। তগুপ তবেংনা গুল্লি মীৎযেংগী পনখৈদা। শাংথ লেংথ লৈচিলনা অতিযাদা জগোই শাবিবা, উপালদা শাংদাংলিবা চেকলাগী নুংশিববা খোঞ্জেল। পূন্না অমুক্তদা উহনবীবকই চীং নিংথৌনা ঐখোযদা। ঐনা থাগৎচৈ অসুম্না

হে পন্থৌ শক্লবা চীং নিংথৌ
ব্রাংথোইববা নোংমাইজিং চীং
নহাকসে কযাদা নগুন লৈখ্রবা
কযাদা মীনুংশি লৈখ্রবা
কযাদা পুকচেল চাওখ্রবা
মৈতৈ, পাঙল ট্রাইবশিং
নশাইগোন্দা নুংশিনা কোনবীবিবা
নংবু খুকমজবা লাকচবি ঐখোযনা।

ঐখোযনা উবকখিবা অমাদ চীংদোল অদুদা লাইগী খুভম ওইবিবা, ইতিহাসকা শাগোন্নবিবা, নিংথৌবেল কযাগী বাবা লীবিবা খলোংনি। চৈথাবোল কুম্বাবাদা (লা: ৬৮৭) মহাবাজ বুধচন্দ্রনা পানবা মতমদা মবুধৌ মুংযাম্বদগী শ্রীযুৎ বুধচন্দ্র মহাবাজ ফাওবা মমিং ইদুনা নুং অমা যুংএ হাযবি।

মফমদুদা ফিবাল ছত্র কৎতুনা সংকীর্ত্তন শক্তুনা চেঙ মন ১০০ থোংদুনা কৎতুনা মীযাম পেলহল্লি। খলোংদা পুকৈ মফম অমা ওই। মফমদুদা মহাবাজনা তোযনা মনাই মখৈদা নির্তিগী উৎসব কৎতুনা পীজৈ, অসিনচিংবা ব্রাবোল কযা চৈথাবোল কুম্বাবদা থেংনৈ।

অদুবু হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদা ঐনা উবকপা খলোংগী শক্তম অদুদি ওম্থোকনা নীংবা কাইনিংঙাইগী মশক্নি।



খলোংগী হৌজিক ওইবিবা শক্তম

নীংশিংলকই ঐনা ওবিষা চৎঙৈদা উবকপা ওবিষাগী খন্দগীবি। নিংথৌ খাববোলনা ৮ নঙম ফিবাল থেৎপগী শক তাবিখ নুংদা ইশিন্দুনা থমলম্বদু ঙ্গসিগী ওবিষা সবকাবনা কযাদা ফজনা শেমজিন্দুনা ঙাকশেন্দুনা চাংদুম মথক্তুদা থমহৌবা নীংশিং খুদমদো। নীংখা তম্বা লৈবাক অমা ওইবা নিংথৌ পালম্বা লমদমসিগী তাংলবা নীংশিং খুদমদি মতমগী ইবোন্থুদা লুপশিনখ্রগদবা কনানা মসিবু শেমজিনবিগদৌবিবা তুংগী মীবোলগীদমক খন্না খন্না খলোং থাদোকলমলে। মসিদি মনিপুব সবকাবগী টুবিজম দিপার্টমেন্টনা টুবিষ্ট সেন্টব অমা ওইনা শেমগৎপদা যাম্না ফবা ওইগনি।

খোঙচৎ অসিদা বাকনী মহাদেব খুকমজবগী তাঞ্জাসু ফংবা ঙমজবকই। চহী অমদা অমুক্তং বাকনী নুমিৎতা মীযামনা খুকম্নর্বনি। অদুবু বাকনী নত্তবা নুমিৎসিদা মীযাম ইন্নদনা বাকনী মহাদেব খুকম্বা ফংজবে।



নোংমাইহিজিং চিংগী মহাদেব

শ্রীযুৎমহাবাজ বুধচন্দ্রনদি গৌবনগবদগী তোযনা মহাদেব খুকম্না, মফমদ্ শেমগৎপা লেঙই। কুম্বাবদা থেংনৈ : "১৭ নি শংগোলশেন্দা পাংঙন ফকীব ২ মহাদেবগীদা লাক্লুনা শ্রীযুৎ যাইফনবা পুজা তৌএ (ল · ৬৮১)। ঙসি নোংমাইজিংদা বাকনী থুংএ। লক্ষমী কুণ্ড সবস্বতীকুণ্ড ২ মকপু শেংদোকএ। পাংঙন বাবা লম্বোইবা ১সুং থুংলৈএ। নেপালদগী সাধু ১স্ থুংলবে (ল : ৬৮৭)।

নিংথৌনা শেমগৎলম্না স্ববস্বতী কুণ্ড অদু ঙসিদি ঈশিং মবীক অমা লৈহৌদে। "৫নি ঈবাই পঞ্চমীদা নোংমাইজিং চীংদোন্দা সবস্বতী কুণ্ডদা মবুধৌ পাখংবা থোবক্তনা স্নাযাথংনা মাঙব পণ্ডিতনা ফুহিং লুপই" কুম্বাবনা হায। মতমগী মতুংইন্না নোংমাইজিং চাংগী নোংচীং, ঈশিং, অকোযবগী ফিভমদা অহোংবা যাম্না লৈবে উবকখি।



নোংপোক নিংথৌগী লাইশঙ (মহাদেবগী মন্দিব মনাক্তা লৈবা)

সবস্বতী কুণ্ড যেংলুবগা নোংমাইজিং শুকং যেংবা চৎলে। চীংথক্তা খব কাখৎলগা শুকংদু লৈবে। মনুংদা কবি লোৎলিবনোদি উবক্তে। শুকংগী চংফমদা ঈশিং তপ তপ তাবি। ঐখোযগী খোঙবুদা যাওবিবা ইতোচানা লৈকলি অমদা ঈশিংদু যাবগা পুবকই। অপাম্বা যাওব্রা অশেংবা ঈশিংনি তাযদনা যোঁল্ল।



নোংমাইজিং চীংগী শুকংগী শক্তম

শুরুং অসিসু ইতিহাসকা শাগোন্নরিবা মফম অমনি। শুরুং অসিগী মনাক্তা পাংঙন লম্বোইবা বাবাজি লঙ্গবশাহ কৌবা অমা শিলচরদগী লাক্কুনা লাই নিংদুনা লৈরমই হায়। মদু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতমদনি। মহাক্না নোংমাইজিং চীংদা ফংবা উহৈ ব্রাহৈ চাদুনা বোরা শিবগী অখবাদা মতম শাংনা লৈরল্লবা তুংদা অমুক কৌক্র চীংদা মতম খব লাই নিংদুনা লৈবমই। অদুদগী শিলচবগী ফুলবটোলদা লৈখি হাযবা ব্রাবী লৈ। মহাক্না শুরুং মনাক্তা বোবা শিবা মহাদেবগীদা লৈবিঙৈদা লিলোংদগী মবীৎ কৌবা নুপা অমনা মাগী সেবা তৌইসু হায।

ঐখোয়না চীংদোন য়ৌরুবগা কুমথবক্কুনা চীংখোঙদা লৈবিবা চীংঙ্গোয় বাকনী হাযনা খঙনবা মফমদুদা অমুক যৌশিল্লে।

মৈতৈশিংনা মফমদু অশেংবা তীর্থনি লৌনৈ। অশিবগী সংস্কাবগী উৎ অদু মফমদুদা থাদুনা তর্পন কৎর্নাবর্বনি। মদুদা ঐসু ঈশিং খুজোক অমতংনা লৈখিদ্রবা ইপা ইপুদা তর্পন কৎচবগা চীংঙ্গোই বাকনী মহাদেবা খুরুমজবগা হল্লকখি।⌘





## অইবাগী কোংখ্রবা লাইরিকশিং:

ক) সাহিত্যগী ওইবা

খোমজিনবা রারেং (রোডিওদা অইবীবা ড্রাংখিবশিং) ১৯৭৩; ফিজিকেল এডুকেসন (নূপীশিংগী হকচাংগী শক্তি হেন্নংহন্নবা ইবা রারেং) ১৯৭৫; ঐ অমসুং সমাজগী য়াইফবা (তোঙান-তোঙানবা হিরমদা ইবা রারেংশিং)-১৯৭৮; অঙাংগী লৈকোল (অঙাং শেমগৎপগী মতাংদা রারেং) ১৯৮৩, খঙনিংবশিংদা (অঙাংগী লাইরিক মনা ফংগুবা) ১৯৮৩; স্বর্গগী লৈবাক্তদা (লমাকোয় রারী) ১৯৯৪; কোম্পীং ওপারেসন (রারীমচা) ১৯৯৬; নূপীগী য়াকায়ারাল (রারেং)-১৯৯৭; কোরোহনবনা ইরোম্নুংদগী খোঙদোইরকপা লমদমদুদা (লমাকোয় রারী) ১৯৯৮; লোইনাইদ্রবা রারী (রারীমচা) ১৯৯৯; কোহিনূরগী মশাইগান্দা (লমাকোয় রারী) ২০০০; আমেরিকাগী খোঙচৎতা (লমাকোয় রারী) ২০০১; খুরাই হাওরা লমলাংতাং (লম্মাংদাং: বিষ্ণুপুর (সংস্কৃতিগী মতাংদা ইবা রারেং) ২০০৪; পর্ব্বত কে পার (চীংলোন্দুগী রাংমদা) (হিন্দিদা রারীমচা) ২০০৫; গঙ্গাগী মতমবাক্তা (মোমোইরস) ২০০৫; শিজলাইওইবী অমসুং মহারাস (সংস্কৃতিগী মতাংদা ইবা রারেং) ২০০৫; নুংশি খুদোল (রারীমচা)-২০০৬, মণিপুরী সংস্কৃতি অমসুং মণিপুরী নূপী (রারেং) ২০০৭। লৈনম চেন্দ্রবসু লৈরাং শাৎলি (শৈরেং) ২০০৮। রাসেশ্বরী পলাগী পরম্পরা (কলচরগী মরমদা রারেং) ২০০৯। আকাশি গঙ্গাগী তোর্ব্বান্দা (লমাকোই রারী), ২০০৯।

খ) রিসার্চ পব্লিকেসন ওইবা

এডুকেসন ইন মণিপুর (ইংলিস) - ১৯৮১; ফিজিকেল এডুকেসন ইন দি স্কুল অফ মণিপুর (ইংলিস) ১৯৮১; ফিজিকেল এডুকেসন এন্দ এডুকেসন এন্দ এদজসামেন্ট ১৯৯১; ফিজিকেল এডুকেসন এন্দ স্পোর্টস (ইংলিস) ১৯৯২।

গ) তম্নবা লাইরিক (টেক্স বুক) ওইবা

ফিজিকেল এডুকেসন (ক্লাস রানগী) ১৯৬১, ক্লাস থ্রীগী ১৯৮১; ক্লাস ফোরগী ১৯৮২; ক্লাস ফাইভকী ১৯৮৩; ক্লাস এইটকী ১৯৮৩; ক্লাস এইট (ইংলিস) ১৯৮৪; ক্লাস নাইন অমসুং টেনগী ১৯৯১

- অঙাংগী বিজ্ঞান: ভূগোল আনৌবা ১৯৬৮
- এদুকেসন ইন মণিপুর (ইংলিস) ক্লাস XI & XII কী ২০০৬।

